**AMANBA DIARY**

*A Collection of eighty Manipuri Poems*

written By Naorem Ongbi Sobita Devi Mongjam

published by Suriya Naorem

on the behalf of Manipur Library Association (MALA), Manipur

**অমনবা ডাইরী**

| | | |
|---|---|---|
| অথোকপা | : | মণিপুর লাইব্রেরি এসোসিয়েসনগী মথৌ ওইবা নাওবেম্না মণিপুরগীদমক |
| অহানবা খুৎনম | : | ২০১১ |
| কোপী মশিং | : | ৫০০ |
| মমল | : | লুপা ১২০.০০ |
| ওক | : | অইবী |
| মখুম | : | সৌবাম তোম্বা লুরাং |

ISBN 978-81-909699-6-3





| | | |
|---|---|---|
| ময়েক শাগৎপা | : | দিনেশ্বর কোন্থৌজম অমসুং ওপেন্দ্রো থীংবাইজম |
| ময়েক শাগৎফম | : | পেট্রিওটিক রাইটর্স ফোরম, মণিপুর |

নম্ফম : থৌজালহৈবা প্রেস, বিমস রোড, ইম্ফাল, মণিপুর-০১

ঐগী ইমা পাবুং
অমদি তুংদা হৌগৎলক্লিবা
ইচা-ইনাওশিংগী মফমদা
কৎথোকচরী।

# জেনরেল সেক্রেটরিগী ৱারোল

মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়সন (মালা) চহী ২৩ মপুং ফাদুনা ২৪ চংলক্কদৌরে। হৌখিবা চহী কয়াসিদা মসিগী পাংথোকখিবা থবকশিংগী মনুংদা লাইরিক ফোঙবসিসু অমনি। লাইব্রেরী এন্দ ইনফোর্মেসন সাইন্স হায়রিবা রিষয় অসিগী মনুং চন্দবা লাইরিক খবসু ফোংখ্রে। মখোয়শিং অদুদি চুংখাম জনমেজোয়গী "বিক্রম বেতালগী ৱাবী", এল সি ললহানবগী "লংদাই" অমদি লিশম রবীন্দ্রগী "থম্লায়মি" নি। অকোনবগী শৈবেং লাইরিক অনিসিগী মথংদা নাওবেম ওংবী সোবিতা দেবী মোংজমগী শৈবেং লাইরিক "অমনবা ডাইরী" সিনা মালাগী ২৩ (কুনহুমদোই) শুবা লাইরিক্নি। তোঙান-তোঙানবা শৈবেং মখল ৮১ গী খোমজিনবা লাইরিক অসিবু ইরিবা অইবী করি অসি মালাগী অচঙবা মেন্থব অমনি। নহাক্কী শৈবেং লাইরিক অসিবু ফোংদোক্নবা হোৎনবক্কিবা ৱাখল্লোন অসিমক মালানা থাগৎতবা ঙমদে। লাইরিক অসিনা পুক্কে চোল্লবা মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা অনৌবা মহাও অমা পীবা শোয়দনা ঙমগনি নিংই। লাইরিক অসি অপাবশিংগী খুত্তা শিন্নজরি।

এপ্রিল ২, ২০১১ ইং, সিএচ. ইবোহল সিংহ

# ৱাহৈ অমা'নীদং

অখঙ-অহৈশিংনা শৈরেংবু অসুম্না শিংথাই Poetry is the most refined form of literature হায়রম অদুনা শৈরেং ইবা হায়বসি অরাবা ফ্রা অমদি নত্তে। মদুবু ফংলিবাদ শৈরেং হায়বসিনা অইনশিংনা খ্বাইদগী মশিং যাম্না পুৎ থানবিবা সাহিত্যগী মচল অমদি ওইবা।

শৈরেংনা সাহিত্যগী মচল (জেনর) শিংগী মনুংদা খ্বাইদগী হান্না হৌবকা খ। মখল অদুনা সাহিত্যগী মচলশিংগী মনুংদা শৈরেংনা ইহান হান্না মীওইবা সভ্যতাগা শকথোক্নখি। অতুনবা মতমগী মীওইবগী খাখল-লৌশিং, পূক্নিংগী অপাম্বা অমদি থম্মোয়দা ফাওবকপা ফিৱুম খুদিংমক শৈরেংগী মোদয়মদা ফোঙদোকখিবা ওাক্কনি। কাযনথংদা সাহিত্যগী অতৈ মচলশিং ড্রামা, নোভেল, খাবেং অমদি বারীমচাদি শৈরেংগী মতুংদা হোৎকখিবা ওাক্কনি।

মজবা শৈরেং অইবা অরাৱা থবক অমদি নত্তে। অতোনবা পরেং মতেক মতেক্কী অহোশংনা পাক চৈথুম ম ওইবগী থম্মোয়দা ফাওবকপা ফিৱুলশিং ফাঙদোক্নদৌবিবনা মদুদা খলগা অকবা, তাল ঙ্গুদগী অথোৎপা, অমেংবা, অকনবা পাঙ্গু ফোঙদোকদৌবনা। মপানগী চাউখংলকা লমদাদ শৈরেং ইবাসি অখনব মীওই খবদনা ক্টৌনি।

নওরেম ওংবী সোবিতা দেবী মোংজম মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা নৌনা শাফেংলকপা ওইবগুম্না মহাক্না শৈরেং ইবগী লমদা চঙশিল্লকখিবসি কুইনে। চং ১৯৯৩ দগী শৈরেং ইবা হৌবা মহাক্না হন্দব নৌনা অহানবা ওইনা ফোঙগদৌবিবা শৈরেং ৮১ যাওবা শৈরেং লাইরিক 'অমনবা ডাইরী' অসিনা সোবিতা শৈরেং ইবী অমা ওইনা মখম অমা কনবা ঙম্লে. পূক্নিংগী থেনখাঙ কয়াদা থেংনখিবা থৌদোক কয়ানা থম্মোয়দা ফাউহল্লকপা কয়াদু ডাইরী গুম্না শৈরেংগী মশক লৌদুনা থোক্লকপনি।

অইবী অসি পূক্নিং থৌগায় কয়ানা যোমদুনা চংলবী যুমপাল্লবী মৈতৈ নুপী অমনি। মৈতৈ অমগী যুমদ যুমপাল্লবী নুপী অমগী থৌদাংসি কয়ামুক চাউবগে হায়বদু শিংথাবনা

ৱাংলগনি। সে'বিতা মৈতৈ নুপীনি, মমানি। পুন্সিগী খোংগায় কযানা কোকথক্তা চীংমুক ৱাংনা নন্দুনা চংলগসু লমদমসিগী থোকখিবা খৌদোক-ৱাখোক কয়াগী মমি থম্মোযদা খাজক্তং ওইববসু তাবমদনা চংখিদে। মসিনা মাগী শৈবেংগী হৌবকফম্নি। অমবোমদা অমুকসু লু-তোংনা শাবা মীওইবগী হৃকচাংনি। অদুনা পুন্সিগী তাক্কক কয়াদা ফাওবকপা নুংঙাবা মপাউসু যাউবি।

লাইবিক অসিগী চেনা ৩ শুবদা অনীশুবা শৈবেং ওইনা য়াউবিবা 'কবপসন' হাযবা শৈবেংসিদ' মতমসিগী ফত্রবা কবপসনগী চংনবী অসিদা অইবী মশানা পামজদ্রবসু লমদমসিদা হিংগে হাযবদি মশাসু কবপসন্দা যাওদবা যাদবগী উপায লৈতবা মতৌদু নিংখিনা ইবি। শৈবেং মতেক খবদং লৌখৎতুনা যেংসি-পাম্মী মীপুম খুদিংনা, ওফিসকী থবক তমওদি, তক তনান, মীযামগী সনমান, যাওবে ঐসু ঙসিদি, কনা খংহন-তাহন্দনা চংলুবে বানোস্বগী লন্বীদা, লুপা পৈশানা চৈশু ওই, লেপ্পুবে মিনিষ্টবগী থোঙ্গালদা ...। অইবী অসি সমাজগী খৌদোক-ৱাখোক্তনা হুমদুনা পুখিবা নত্তে। মমা অমা ওইনা, নুপী অমা ওইনা তাইবংপানব্ শেম্বীবা মপুলুসু চেংনা থাগোয়জে। লাইবিক অসিগী চেনা ৮ শুবদা যাওখিবা 'পামজকবা অমতং' হাযবা শৈবেংসিদা ক্লগংকী মপু ঈং ং চঙজবগী মশকু নিংখিনা তাবি। শৈবেং মতেক অমা'নীদং লৌখৎতুনা যেংসি নহাক্কী নগুণদো শকচগে। পুন্সিসিনা লৈবকমখে । খীকপিবম্মু শান্তিগী লাইজ, পুনবীবম্মু মীনুংশিগী কৃপ্পবা লংলানা, মীপুম খুদিংগী খম্মোযদা।

অইবী অসি লমদমসিগী মীহাৎ মীপুস্তনা থল্লবা মবকসিদা অনৌবা আশা, অনৌবা যেন্নাং অমগী মঙ মঙই। অদুবু অনৌবা যেন্নীংদ চোংলকউ যাদে। মদুগী মংৎ মাহাৎপুঙ ওনখ্রবা মরুভূমি অমগী শক্তম। লাইবিক আসগী চেনা ১৭ শুবদা যাওবিবা 'যেন্নাং'গা মতেক খবদং যেংসি বসন্ত-তুনা লাক্কুনসু, ওনথ্রে ঙম্নমক মরুভূমিগী পুন্সি, মীহাৎপুঙ ওনখ্রবা মৈত্রবাকসিদা। নহা ওইবগী খৌব বা মতৌসু অইবীদগী কান্দুনা চংখিদে। মেবা পূর্ণিমা উবদা অইবীসু খোইবাই। লাইবিকসিগী চেনা ২৪ শুবদা যাওবিবা শৈবেং 'মেবাগী পর্ণিমা' দা অইবীগী থম্মোযদা মেবাগী পূর্ণিমানা মঙোন্দা ফাওহল্লবা নুংঙনবা মতৌদু ফঙবা ৱাহৈ খবতনা মযেক শেংনা যেক্লি। মতেক খবদং লৌখৎতুনা যেংসি নংগী লুপা মচুগী থাবল, খুমজিনথ্রে অমুবা লৈচিন্না, লাপথোকথ্রে নুংশিবা মাসু, নাইথেখবে ইফমদগী ঙম্নমক ।

ইং ২০০১ গী জুন ১৮ গী খৌদোক্ল অইবীবু তুমিন্না লৈহনবা ঙমখিদে। অইবীগী থম্মোযগী পাউদমদু শৈবেং ওইনা থোবকই। লাইবিক অসিগী চেনা ৪১ দা যাওবিবা শৈবেং 'লংজখিবনি মখোযদুনা' গী মতেক খবদং লৌখৎতুনা যেংশি- মমা লৈবাকপু

য়োম্থোকপা ঙম্ব, মখোয় ৬০ দূনা থকখিবনি ঈ, ঐখোযগী মমা নীংবা মচা ১৮ গী, তাং ১৮ জুন থা ২০০১ দা . . । মৈতে নুপী অমা ওইনা সর্মিলানা লমদমসিদগী অমুবা আইন লৌথোক্লবা চংশিল্লিবা খোঙজং অইবীগী ব্ললমনা কান্দুনা চংপা ঙমহিদে। অদুনা থোবকই অইবীগী শৈবেং 'সর্মিলা'। লাইবিক অসিগী চেনা ৫৭ শুবদা য়াওবিবা শৈলেংশিংগী মতেক খবদং য়েংশি- নুপী লক্তগী অথোইবী, হে মৈতৈ লৈমগী মমোমলোয .. হৌখ্রবা নুমিৎ মাশিং কয়াস্, লেপ্পা লৈতে হনবা লৈতে, ঙাইমীঃসি নংসু ঐসু .. ।

অইবীগী ভাইবীগী মতৌওম্মা ইবিবী শৈরেংগী ঙমখৈ পাক চাউই। মথল-মথগী মচশিংনঃ পুক্নিন্দুনা ফজববা মচু অমা শেম্নগুম শৈবেং হয়া থোবকই। খবদং পল্লখদা বল্লাখগী কাও (৬৭), চূবাহ্লাবা (৭২), খোঙচৎলুদা (৭৭), অমনবা ডাইবী (৮০), সুনামী (৮৪) গাম লচিংবা।

লাইবিক অসিদা যাওবিবা শৈরেংশিংসি ই° ১৯৯৩ গী এঙনবা লতম্নদগী ইং ২০১০ গী মতম, চাউখাক্না চহী ১৭ বোমগী মনুংদা ইখিবা ঙাক্তনি। অইবীগী ডাইবীগুর্ম্বনি। শাংলবা চহী ১৭ বোমগী মতমসিদা থোকখিবা পৌদোক-বাথোকশিংনা থম্মোয়দা লাওতল্লকপা এমমদনি লেখিবিতাগী লাইবিসিদা তাবিবা মমিশিংসি। মবম অসিনা ওইবা হাই ঙকখীবা লাইলি কচিনি মামং 'অমনবা ডাইবী' থোল্লিবসি।

অইবীনা মম অমা ওইনা পুক্নগী থৌগায কযাগী মবক্ত শৈবেং লাইবিক অমা ইদুনা মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল ওখা ওম্নকপসি মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিবীবা মীযাম্না লাইবিক পাসিবু অমদি সোবিতাবু হৈবাম্না ঙকখম থোকই।

ইম্ফাল,

ফেব্রুবাবী ২১, ২০১১ রাজমনি অয়েকপম

# ৱাহৈ থরদং

ঐগী মল্লবা ডাইৰী ময়ামদু নোংমদি ফাকলুই, মথং- মথং মতম কুইববগী মমাংদা ইখিবা ঐগী শৈবেং কয়া, ফজবা- অথীবা খংদ্রিবা, থরায তানদি, ইদুনা থমজিনখিবা মতম মতমদুগী থৌদোক ৱাথোক কয়াদা য়ুম্ফম ওইবগা ইখিবশিংদু উবগা ঙসিদি মীৎমাংদা অমমমতা মথং মথং চোংথোবকপগুম উবকই। নুংশি- চান্ননা লোযনবম্বা কয়সু লোয়না শেংনা কায়নখিদুনা শকউদবা নুংশিবগী লিপুননা চেংনা অমুক পুনশিনবীববে অনৌবা মীওই কয়াগা। কয়াদা থেংনম্রবনো মী ওইবগী পুন্সি ঙম্লমক কাওথোকপা তাখি তাইবংগী খোংচংনি খন্দুনা। নীংশিংবা মানা লৈবমদ্রবা ইবল্লোই ঐগী শৈবেং লাইবিক। মাংখিবা কয়াসু য়াওদ্রে অদুবু ঙসিদি অফংবা খবদু খোমজিন তাশিনজবগা শৈবেংগী নাচোম ওইনা ঐবু পোকপীবকপা ইমা- ইপা অমদি তুংদা হৌবক্লিবা ইচিল ইনাওশিংগী মফমদা খুদোল তমজবনি। য়াম্লা হৈবে- ফজবে হায়দুনা ইজন্দবা নংচদে, মণিপুরী সাহিত্য লৈকোলদা খুদোল মচাসিমতং হাপচিঙ্গবমগে খন্দুনা ময়ামগী মফমদা ফোংদোকচবনি।

ঐগী মতম কুইনদগী মঙজরক্লবা মংলান অসিবু মপুং ফাহনবীগে হায়দুনা থরায় য়াওনা চোংথোকপীবক্লিবা ঐগী ইনাও বাথো (বাজেন থোকচোম) অমদি জিটেশ নাওবেম মখোয় অনীনা তকমনবদগী মতম কুইববগী তুংদা পুথোকচবকপনি। মখোয়গী শিংবা ঙম্লবোইদবা লমন তোনশিঙ্গবে। লাইবিকসিগী ময়েক চনখৎপীবিবা ইনাওশিং মীং ওইনা পনজববদা দিনেশ্বর কোন্থৌজম অমদি ওপেন্দ্রো থিংবাইজম্সু হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎপা ফোঙদোকচবি। মসিগা লোয়ননা এসোসিএসনগী সেক্রেটরি সিঐচ: ইবোহলবুসু ISBN পীবীরকপগীদমকসু থাগৎপা ফোঙদোকচবি। বনানগী মতাংদা অবানবা কয়াবু শেমদোক শেমজিন তৌবিবকখিবা ঐগী ওজা ডা: থৌনাওজম খোমদোন, লাইব্রেরিয়ান,মণিপুর য়ুনিভর্সিটি, জুগেশ্বর বাইশ্বা ,থৌবাল; তোঙ্গাওবা লুবাং , নম্বোল খাই পুম্নমকপুসু তৌবিমল খংবা ফোঙদোকচবি।

অবোইবদা কদাইদা কবি শোয়খিগদগে হায়দুনা লমায় খুদিংগী ৱাহৈ ৱাত চেকশিন্না শেমদোক-শেমজিন তৌবীখিবা ইকায়খুম্নজববা বাজমণি অয়েকপম, কলমনিষ্ট, হুইয়েন

লানপাও অমদি লাইব্রিক অসিগী মখুমগী দিজাইন তৌবিখিবা অমদি লাইব্রিক অসি নম্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা ঐগী ইবুং শক্লবা সৌবাম তোম্বা লুবাং, হাল্লগী প্রসিদেন্ত, পেত্রিওতিক রাইতর্স ফোরম, ইম্ফালবুসু হন্না হন্না থাগৎচবা ফোঙদোকচরি। মসিগা লোয়ননা মতম খুদিংদা কদায়দা করি শোয়খিগদগে হায়দুনা য়েংশিনবিরিবা ঐগী ইপুবোইবা নাওরেম সুরচন্দ্রকুসু থাগৎচবা ফোঙদোকচরি। অরোইবদা লাইব্রিক অসি ফোঙনবা অয়াবা পীবিবকখিবা মণিপুর লাইব্রেরি এসোসিয়েসন, ইম্ফালগী মরি লৈনবা মীওইশিংকুসু থাগৎপা ফোঙদোকচবি।

- অইবী

# য়াওরিবা শৈরেংশিং

# করীনুংগীনো

করিগীদমক পোকপীরম্লীবনো ঐবু
ঙসিগী তাইবং মশাইকোনসিদা
পোকপীবমদবনা হেন্না ফববনি,
তীনজনীংদ্রে ইপাংলক্তা, খাংবা ঙমলক্ত্রে
য়েংনীংলক্ত্রে সমাজগী কুম্মৈসু
মখল মখেল ময়ামসিনা
মীৎ থকহনবীরে ঐবুসু মতম পুম্নমক্তা
চাওখৎপা তান্নবগী লমজেল
উকবগা খঞ্জে ইথন্নতা
কবি কান্নবিবগে হীংলুবগী
ঐসিনা মীয়াম মবকসিদা
মালেম পৃথি লুমননবনি।
খনবা মখৈ খল্লুবগা
পুবা থাংবা ঙমদ্রবা
কোক মচা অসিদগী
হায়নি হায়বোয় খংদনা
চোয়বোলগী মতৌগুম ঙাংখোকখি
চিন পেনবা মখৈ,
ঐবু পোকপা পম্মৌদা
নিংঙমদনা খুমলকই
কবি তৌববগে নহাকপু
কনানা কবি হায়বক্লবগে
মরম ওকপা ইচানি
নঙগী ননীং থুংনবা
করি তৌশি হায়বগে
পাওখুম পীনিংঙাই লৈত্রবদা

ইবালনা থল্লবা মীৎশিনা
য়েংবা ঙমখিদে পশ্চৌ মঙোন্দা
পূক্লিং নুংশিনা থল্লকই
করিনুংগী খংনজরব্বা
পশ্চৌ মানা শেমবীবকপদগী
মীকোক থোংনা হিংজরকপনি
নত্রবদসু ঐহাক্লা
অঙানবা মশক উবমখিগদ্রা
অথিবা ফজবা খংলমখিগদ্রা ?
ঙসিদি থল্লকই নৌহৌননা
তৌফম থোকইনা নুপীথোক্লা
পলেম পশ্চৌ মখোয়গীদমক
ঙমজবা খবা পেনবীনবা ॥

১৩/১০/১৯৯০

# করপসন

লৈত্তোন-শরু পান্দে মতাগুম
হায়নখি ঐখোয় ময়াম
পীনবোহ্নি পৈশা
তৌনরোহ্নি করপশন
হন্নখিবা ভাইগুমদে, কোইহং হংনৈ
ঐসু মাসু অমনা-অমদা
লোন্না লোন্না
কনানা ওইবি দিবেক্ট
মিনিষ্টরনা কদায়দগী
অসুন্না লেপ্পা য়াদে
খিনবী অবোনবা লম্বীদা
ভুমদবা লৈতে কনাসু
পাম্মী মীপুম খুদিংনা
ওফিসকী থবক অমত্তদি
তক-তনান, মীয়ামগী সনমান
যাওকবে ঐসু ভুসিদি
কনা খংহন-তাহন্দনা
চংলুবে বানোম্বগী লম্বীদা
লুপা-পৈশানা চৈত্ত ওই
লেপলুবে মিনিষ্টরগী খোঞ্জালদা
পীরুরে শেন চবুন-চবুন
কায়খোকরে ঐগীনি হায়বা
ইপোং ইচে পুন্নমক
তম্বা ভুমদে মীওইবা
কনানা কবি ওইরকপা

মাংগদৌবিববা ঐগী থাজবা
ঙাইহ্বদা কনশি
কনানা করি ওইরকপা
কবপসনগী মওম্না কদায়ফাওবা ॥

১৩/১০/১৯৯৩

# হৈনবীদগী মাঙলকখি অসুম্না

বাবানা হায়খি মতম খুদিং
লাইরিক ঔরাইযু ইচাশা
অচৌবা মী ওইননবা
শাওখি অপংবা মচা ঐনদি
লাইবিক পাবগা কবিবু কান্নদোয়নো ?
শাওনা খুমখি তল্লি পানীংদে
লাইবিক্কী মহুৎ শান্নজগে লাইফদিবী
নোং হেক ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা
ইমানসু ফুখি চৈখি
ঐবু মতম পুন্দদা
হায়খি য়াওশিল্লু ইমুংগী থবক
হেন্না শাওনীংখি ইমাগী বাহৈদুদা
থবক্তি লাইবদনা হেন্না পূক্লিং লুপখি শান্নবদা
কাওব্রে লাইবিক- লাইশুগী বা
হৌজিনখি মতমদি লেপ্পা লৈতনা
ইমান্নবীনা ওইখি অচৌবা মী
লাইবিক্কী মঙাল ফংহৌদবা ঐগীদি
লৈবমদ্রে নুংঙাইনা হিংনবা লম্বী
লম্ফূব্রবে লম্মখাংদা ঙসিদি
কদোমদনো ঐনা চংকদবা ।।

১৩/১০/১৯৯৩

# লম্মূক্লরবদা

নুংশি রাখলদা লুপলিংঙে
ফেলদা ওই পবিক্কা খুদিং
ইকায়খাংদগী লেপলুবে
সমাজ-সেবাগী থোজালদা
তূং- হন্দুনা চেল্লকই,
কীবনা থক থক নীকপমখৈ
উকবদা ককথংশীত্রবা কোকয়ামদু
কৈ কিদুনা চেল্লগা
শওম ওক্লে হায়বদুনি
মাং তূং হন্না য়েংবদা
উদ্রে কনা অমত্তা
ঐগী ইতুং ইনবীনবা
লম্মাংনবে লম্মূক্লরে লম্মখাংদা
তাহৌবে ইদোম তবক
শাংলবা পুন্সি লম্বীসিদা ।।

০৪/১২/১৯৯৩

# চেকশিন্দবগী চৈনা

মফম ইখং খংহৌদনা
লৈরম্বা পোংশক অমদা
খূদি খংখি থিখি
ইস! কাওঙমদে চৈনদো
কয়াদা থাজদনা লৈবন্নবা
থাজকদে ঐদি লৈবমগনি অসুম্না
নোকফেং তৌখি ইতৌ য়েংলম্বা কাংবুনা
থিক থিক নোকখি মচিন খূমদুনা
নোক্লা চাওবা মীওই খবসু।
হৎনা য়েংথকবদা উবকই
অশোয়বা মযাম ইশাগী
ঈ কাববা মীৎ অনীদগী
চেপ্পবকই পীবাং লেপ্পা নাইদনা
ইবাল্লনে মসিবু ইথন্তগী
লেপ্পা লৈতে অঙাংবা ঈখেংদি
শাথিনা শোক্লবা মফমদুদগী।
চৈজখি ইশা ইথন্ত
মীৎ- না শিংহৌদবগী
অমম্বা ফিজংদুগী মরূমদা
চেকশিনহৌদবা মীৎকুপতুনা
পীবন্নীবা চৈনাদো।।

০৭/১২/১৯৯৩

# পামজরুবা অমতং

হে জগৎকী মপু
তাইবংগী থবায় ওইরিবা
খুরুমজরি নখুয়াখাদা
হন্না- হন্না তোল্লবীদি ননাইনা
শোণ্ডবগীদি লোয়নাইদবা
নহাক্কী নগুনদো শকচগে
পুন্সিসিনা লৈবিবমখৈ
পীনবীয়ু থৌজালগী ইবিক
লেপ্প-লৈত মতম খুদিং
হাৎন- শুনবতনা থল্লবা
মীকপ- মীবাওখোলতনা নীল্লবা তাইবংসে
মীকপিবন্মু শান্তিগী লাইজ
পুনবীরন্মু, মীনুংশিগী কুপ্লবা লংলানা
মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দা
অকি- তৃজুংনা থল্লবা
জগৎ- সংসাব অসিদা
হীংনীংবা পোত্তুবা মীওই কয়া
লেল্লিনে অবোয়বা পুংজা ওাইদুনা
পীনবীয়ু শক্তি মীপুম খুদিং
খাওব কনবা হায়বদো
অসিতনি পামজবা
ননাই ওইবী ঐহাক্না।।

১৩/১২/১৯৯৩

# ঈগী ফমুং

ইশ ! ইশা পুম্বা হমাংনা লৃমী
উরুবদা ঈ মরক্তগী পোৎশক্তু
খজুবা নংহৌদে শ্বর ফুনগৎলকই
করিনোনে খন্দুনা
চংশিনবা লাক্রে মাংলোমদা
শ্বাই শ্বাই লাওই নিংশিংলুবদা
চিংনদবা ওমদে অমুকসু
হংজরকই ইথক্তা মংলা তাইবংলা
পাওখুমসু ফংদে, চেনশিনবসু লেপতে
মীয়ামগী নীল্লবা খোঙথাং মরক্তা
উবকই, ঈগী ফমুং মথক্তা
থবায় য়াওব্রবা অশিবা হকচাংদু
থাদোক্লরোয় মতাওম মতম্বাক্তা কোন্দুনা
বাম্বুরীবা মমা ওইবীগী শোল্লবা হকচাং
কপনরকই- মমা মচাগী মতৌ উবদা
লাওনরকই খরা অমনা ঈশিং ঈশিং
চেন্নখি মীওই খরসু য়েংহৈদ্রে খন্দুনা
হংনিংলুই ঐসু, করিগীনো মীনা মীবু
অসুক তমথীনা হাংনরিবা
লান্দববু য়াওবরা মীপুম খুদিং
কদায়বু কৌবগে অচুম্বা চংপা
পাউখুমদি ফংদে মীচৈ চাবা নত্তনা
খল্লি অমুকসু ইথক্ত নীংদোলপোম্না
তাইনফম লৈব্রবা সংসাব অসিদা
করিবু কান্নরিবগে হীংলুবগী ??

১৭/০২/১৯৯৪

# থেম্নবা

মমানীংবা কবি কয়াগী
শৈরেং পারুরগা হুরাওজে
চাওখোকচে থম্মোয়সিনা
নুংঙাইবনা থূমহৎলি
হায়নিংঙাই লৈতনা
খল্লকই লৈরিদনা মমানীংবা
মচাময়াম অমা করিগী ৱাকপাদগে
অৱাংপা লৈত্রবা লৈবাকশিগী।
হৱাওনা নোকচে থম্মোয় মকালাম্না
লাইবক ফবী লৈপাকসিগী
লাইবক ফবা মচা ওইকবগীদমক
মথংগী চেনা হায়দোক্লুই
হৱাও হৱাও নোক্লদুনা
ইস! তৃ খ্যাও চুংলকই
নোকখিবা য়াদু উমশিনবা ওমদে
করিনো খন্দুনা মুম্না পাথরুই
তেংথাখোলনি কনাগুম্বা অমগী
মপূলি চুপ্পা নীংবা কায়রবা
তোখায় তানিংবনা ওাওববা অমগী
মীকপখোলদুনি তেংথাবিবা
তাবীনবনু য়াওবরা কনাদনো তম্মীংলিবা
করেম্নবি মহাক্না মমানীংবা শাবীবা
কবিগী শৈরোল কয়াদুবু পারুবগা
থেমজিনবা য়াদে পেম্না কপচে মথন্না
মসিনি তমনীংলীবা খেম্নবা অমতং
মীওই অনীদুগী মরক্তা
কবম্বা মরীনো লৈনবীবা
অৱা নুংঙাই মরকসিদা॥

২৫/০৭/১৯৯৪

# অনৌবা আশা

অনৌবা আশা কয়াগা লোয়ননা
ঙাইহৈরি নঙবু হে মহৌশা কৌবী ইমা
খিকপীরম্মু আশাগী লাইহুজা ঈশিং
চোংলকসনু অনৌবা ময়োল
কাং-খোং চাইরবা চীংমী- তম্মী অনীগী
নুংশি- লিপূন কায়দনবা
ঙম্মক মাংম্রে ঙসিদি
খুল্লুই অমুকসু চোংলকপা য়াই
কংখ্রবা উপালদুগী ময়োল
বসন্ত - তু মানা লাক্লগা
কংলুববা লৈকংলাগী পুম্রিসু
থল্লকপা য়াই মতম অমদা
মকুম- মখা ইঙা- ইঙেলনা লাক্লগা
অদুবু করম্বা মতমদনো
ঈ মশেল হাংনবগী
কাংলূপ মশেল য়েংথিনবগী
য়েংহৈ তাহেদ্রবা খৌদোক বাখোক
কয়াশিংসিনা লেপখিদুনা ওইরক্লদবা
হান্নগী নুংশিনবা মতৌদু।।

২৩/১১/১৯৯৪

# ভাসন্দুগী মরুমদা

থাবলগী ফজবা মঙালদা
কাওথোক্লুই সংসারগী অবা- নুংঙাই
নুংশিবা লৈরাংগী লৈনমনা
শুমহৎলি মীওইবগী পুক্নিংবু মতম খুদিং
খল্লুই ঐসু অশেংনা নিংশিংলি
ফাওরবা কবি জোন কিতসনা
ইরদ্রা পাওরৌ
ফজবা হায়বসি অচুম্বনি
"অচুম্বা হায়বসিসু ফজবনি"
কয়াদা চুম্না শীংথারমন্ত্রবা
রাজনিতিবালাগী ফজরবা ভাসন্দা
শুমহৎলিবনি প্রজা মীচম কয়া কয়া
মশিং থিঙমদনা কনানসু খল্লুদে,
ফজরবা ভাসন্দুগী মরুমদা
করি আর্থবু লৈরমগদগে ??

২৯/০৭/১৯৯৫

# ঈগী মচু

দুর্গা পূজাগী মতমদা
পাম্বোংবী ইমাগী পূজা
শজিবু চৈরাওবগী মতমদা
হিন্দুগী চরক পূজা
দিপাবলি লক্ষ্মী পূজা
ইমোইনু ইমাগী পূজা
লাইগী লাই অমত্তনি
মীগী মী অমত্তনি
করিদব্রু খেন্নবা ?
ঈশ্বরগী শকলোন মীংলেন
তোঙান তোঙান খায়থিবদি
তাইবং মী ঐখোয়তননি
মৈতৈ, ময়াং, চীংমী-তম্মী
হিন্দু-মুসলিম খুদিংমক্কী মপাদা
য়াওরিবা ঈগী মচু অমত্তনি
ঐখোয় পুম্নমক অমত্তনি
করিদব্রু খেন্নবা ?
মীগী মী অমত্তনি
থমসি মান্নবা লিংজেল
হিংমীন্নসি ঐখোয় পুন্না
ইমা অমত্তগী মচানি
খেন্নবা লৈতে
মালেম সংসার অসিদা ॥

০৪/১০/১৯৯৫

# থাবলদুনা

কন্না তারম্বা নোং
খংলেপ লেপখি থাজদনা
য়াচংবা মতমগা ওইবনে
য়াম্না চিনলিঙৈ তাঞ্জাসিদা
খংমুং মুংখি ইলেকত্রিকসু
কমদৌনি খন্দুনা মায় থাংগৎলুই
ইঙান ঙানলম্মী সুমাংদা
করিনো বলব চক্রববা
খনখি ঐগী বাখলসিদা
ঙাইহাক চমম্নরিঙৈ লাংনবকই ময়াম
মেরাগী তবানি পানবা
ওইরম্লে থাজগী মঙাল
ঙসাইমখৈ খংলমদবা
থাবলগী ফজবা মগুন
ময়েক শেংনা উরকই
খুংশেমগী থাউমৈ
ইলেকত্রিকী মৈঙালনা চংশ্রবদা
নমহৎকে নীংলুবা খুংশেমগী ফজবনা
ঙমখিদ্রে মহৌশাগী নীংথিজববু
লৈহৌবে ইদোম তাওদুনা
ফজবা থাবলগী ইপোমদা
ঙাওহনবীবে ঐবু মঙলৈবাক্তা।।

০৪/১০/১৯৯৫

# ব্রাকং

নুংহিক্লরবা থম্মোয় নঙসু
কনশিনখরো নুংগী মতৌগুম
ইকায়বা খংদবা মীংকী পী
লেপখরো নংগী ঈচেলসু
তাবীনবা লৈতবা নংগী ব্রাকং
ব্রাকংলুবগী আর্থবু খোল্লিববা
মমল নাইদবা পীরাংশিনা
লেপ্লিবরা নুংশিবগী মগুণ ?
লাংতক্লববা থম্মোয়গী
তপথদনা চোংলিবা মীহুলসিনা
কবি পাউখোংনো চল্লীবা
মমল য়াওদ্রবা থৱায়সিনদি
ফোঙবা ভমদ্রে পাওখোংদো
হায়বীয়ু ঐবু পাংদবনি
চৈবীয়ু ঐবু মীচেননি হায়দুনা
ওইজগে মদুনা ঐগীদি অপেনবা ॥

১৭/০৬/২০০০

# নোংলৈ

খংহৌদনা হুমলকপা
অকনবা নোংলৈ অমনা
হুমদুনা পুবীখরে কনাগুম্বা
অচংবা থবানমিচাক অমগী
মমল নাইদ্রবা থবায় অমা
হিংথং থংখি মালেমদগী
মুত্থংখি খোজুল লৈমায়দগী
ঙানবদি হেল্লকই ময়েকশেংনা
সনানা মৈদা ইকপগুম
সাহিত্যবু নুংশিজবা কয়ানা
থাগংলকই মাগী মশুন
শোল্লবকই মতিক মথৌনা
ঙম্লবোই মেনশিনবা অবাংপা অসিবুদি
মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা
লৈবগনি ঙান্দুনা অদুম্মক
শিখিবা মাতনি মাংজবা
কংচরি মীংলুদগী শিম্বকপা
পীবাংসিনা তর্পন ওইনা
নংগী নফমদা হে সমরেন্দ্র অথোইবা ।।

১৮/০৬/২০০০

# য়েম্নীং

নাকেন্থাসু লোয়খরে
ঙম্নমক চৎখ্রে ঙসিদি
য়েম্নীংখানা লাক্লগা
হেনগৎলকই ওমদুনা চাকপা
মৈরী খোক্তবা মৈচাক অমা
হম্লবোই অনৌবা য়েম্নীং
চোংলরোই উপাল- ৱাপাল কম্মাদসু
বসন্ত - তুনা লাক্লুলসু
ওনপ্রে ঙম্নমক মরুভূমিগী পুন্সি
মীহাংপৃক্ত ওনথ্রবা মৈত্রবাকসিদা ।।

২০০০

# হয়েংনা কনাগী

নোংমা কাংদে থোক্লিবা
মীশি মীনা কয়াসিগী মনুংদা
হাপচিল্লরে অনৌবা চেনা অমসু
মীওই ১০ গী অনৌবা লিষ্ট
মীচমশিংদুগী মথক্তা থৈজিনখি
অনৌবা মরাল কয়া অমসু
নীংশিংহল্লগনি মীয়ামদা
পীবগনি অনৌবা চৈনা কয়া
খাংবদা ব্রাববা মীওং মীনৈ
চংশ্রে নবেম্বর,২০০০গী তাং ২
শগোলশেন নুমিৎকী নুংথিল
পুং ৩ ৩০ সনাগী কাদিনা ইদুনা
লৈহৌবগনি মীয়ামগী চাক্লবা
কাখেল্লবা লমন খুম্লিংবনা
ঙাওববা থম্মোয় থম্মোয়শিংদুনা
মালেমগী মীহাৎ মীচমশিংদুগী
ব্রাববা নাহে খোঞ্জেল
লাক্তবা ওইসনু অমুক
হয়েংনা লাইবক থিবা
কনাগী পালি
মালেম অমদি হৈরাঙ্গোইখোংগী
তমথীবা মীহাৎকুম।।

০৩/১১/২০০০

# মুশিরবা ৱাখল

মমী শান্নবা ঐগী ৱাখল
চাংদম্লকরি থাশিরমদাইগী থাবলগুম
মঙাল ইয়াও য়াওদ্রবা
কোরি কানা ঙাংলবা
লমতা থাগী থাবলগুম
অমুক অমুক নীংশিংলুবদা
ইলেক্ট্রিক করেন্টনা চীংবগুম
কয়াদা ৱানা খাংলিবা
অহোয়নদুম হাপ্লি চৈনা
মাগী ফুদোকপা ঙমদ্রবা
থাবলসিনা শীররে অমুক
চৈনা কয়া খাংঙমদবা
নোংমতা নোকউ য়াদ্রবা
চীনবানসিদা শোনজবগীদি পেন্নাইদ্রবা
নুংশিবা নঙগী মীংলেনদো
কয়াবকনি কৌজখিবা ঙাইহিরি ঙসিসু
খুত্তা মৈরা পায়
লাক্রবোইদবা নঙগী লম্বীয়েংনা
মঙ্গুরবা চোকথরবা ঐগী হকচাং
শোল্লাংসিনা ॥

১৫/১১/২০০০

# পোনগী চেক্লা

পোনগী চেক্লানি ঐদি
ইনীং তম্বা ঙমজন্নবা
ইশা পান্না পাইঙমন্নবা
ইখোং পান্না চংপা ঙমজন্নবা
চেক্লাচানি ঐদি পোনগী
পীজরগা চাবা পীজন্নগা তোকপা
ৱারৌকমসু লৈজদে
পাউদমকমসু লৈজদে
লেল্লি পুন্সিসে পোননুংদা
নোংঙানবদগী নুমিৎতাবা ঙাইনা
নুমিৎতাবদগী নোংঙানবা ঙাইবা
চেন চেন্দুনা চংখিবা পুন্সি খোংচৎ
খুৎ থেক্লুনা পারি নুমিৎ মশিং
কয়াদা ৱানা খাংলিবা
চেক্লাচানি ঐদি পোনগী
নুমিদাংৱাইবমগী চেক্লা শজু- শজুনা
ময়ুম মায়কৈ পাংবা উরগা
শিন্নরকই ঐসু মীৎলুদা পীরাং
ওন্দুনা কপই ইয়ুম মায়কৈ
ইনিং তমজন্নবা মপোকসিবু
তৌজে নীন্দা কয়ারক হন্না
খন্নরকপা মীৎকুপ্তা ওইরমই ঐসে
চেক্লাচানি ঐদি পোনগী চেক্লাচা ॥

০৬/১১/২০০০

# ককওাওনরবা ঐসে

বাখল খন্থদবা মীওইনা
চুমথাং মখোং থীবগুম
পংলবা ঐগী বাখলসু
শাগৎলি অনৌবা আশা কয়া
লোইবা খন্না নাইদ্রবা
ওইথোক্ররোইদবা মঙলান কয়া
মঙফাওনররোইদবা অমুক হন্না
মাঙহল্লি মতম কয়া অবেন্নদা
কাওহল্লি শিবা নাইবা
পুলিনি হায়বা মপোকসে
অপাম্বা মহাক্রা নাওশুন্নীবা ৷৷

# হীহোনবা

নাইতোম চংলিবা হীহোনবা
লম্মাংনরবরা নহাক্সু
থ্রুবতবাগী মায়কৈ য়েং
চংলিববা নয়ুম মায়কৈ পাওনা
কপলীবরা ককওাওনরবা নংসু
থম্মোয় খুদুম শুদুনা
খাংলিবরা অবা-মৈশা
পেনখোকপা তম্মু খাংবা কল্লু
লাক্কনি নোংমদি শোয়দনা
ফংগনি নঙগী লমথুংফম
মতমদুদা ফাওগনি য়াখলদা
মপাল নাইদ্রবা পনখৈ লৈতবা
অবাবা খুদিং কাওওমদবা
নুংঙাইবগী ইথক অমা
নাইতোম তাববা
হীহোনবা নঙগী থম্মোয়নুংদা।।

৩০/০৯/২০০০

# নীজগে নফমদগী

কখোকচবি থবায় হকচাং
নীংজবি নঙবু ঐতগীনি
খনজবি পুন্সিগী ওইনা
লেপ্লি নঙগীদমক ঙসিসু
তামহৌববা নঙ ঐগী বাবীতবু
নীংশিং নীংশিং কপ্লী ঙসিসু
শীঙ্বী পীবাং লেপ্লা লৈতনা
ইশানা থাকচবা লাংদা
থুববে ঙসিদি নাম্থোকপা য়াদনা
বাবৌদে কনাবুসু ঐহাক্লা
তাযনফম খংদ্রবা বাখলগী ঈশাক্তা
তাওথবী ঙসিসু নীংঙমদনা
মৈচাক পুদুনা ঙাওনা ফৈনা
পঙ্চুংফম লৈত্রবা লম্বী অমদা
লেপখিগনি খনখিগনি নঙগীদমক
হায়জসনু ঐবু অঙাওবীনি
ঙাংনজসনু কীকদে ঐনা কনাবুসু
অওনবা নাইবা পুন্সি খোংচৎসিনা
ওলহনবা ঙমলোয় ঐগী
চেংলবা বাখল অসিবুদি
থাদোক্লমগনু ঐবু নকানুংদগী
মসিতনি নীজবিবা নফমদগী॥

১৫/০৭/২০০০

# মেরাগী পূর্ণিমা

লাক্লে গুসিসু মেরাগী পূর্ণিমা
থাবলদা ঙাওজবী ঐকুসু
তাওহনবীররে অবাবা ঈপাক্তা
তামব্রবা নহাক্কী রাখলদা
কংলোইদৌবে উজবা মাবু
ইংনা তনিক তনিক যজবা
নংগী লুপা মচুগী থাবল
থুমজিনবীখবে অমুবা লৈচিন্না
লাপথোকখরে নুংশিবা মাসু
নাথৈখরে ইক্লমদগী ঙম্নমক
হায়নবগুম "অবাবদি হৌনরগা লাকই
লোয়বা যম্বা নাইদে"
থোক্লরে গুসিদি ঐঙোন্দসু
খাংলি গুসিসু কপ্ন- কপ্না
নীংশিংলগা নঙগী নুংশিবা চেংলৌ শক্তম
রারৌজে ইশানা ইশাবু
চৈজরী মশিং থীঙমদনা
কপচরী পেন্না মমশিল্লরুবা অহিংসিদা।।

৩১/১০/২০০১

# অওনবা নাইবা খোংচৎসিনা

মেরা থাগী থাদি
লাক্লে অমুক্সু দিশানিতা
দিশানিতাগী মৈগী কুম্মৈ
য়েংবা চৎমিন্নখি মাগা - ঐগা, ঐখোয় ময়াম
কয়াবক হন্না হঞ্জিন - হঞ্জিন
ব্রা - ব্রা নোকপা মীয়ামগী খোল্লেললক্তা
কাওখি সংসারগী অৱাবা খিবিক
খনখি পুন্সিচুন্না কায়নররোইদবগুম
ঙসিদি শুন্নমক তায়োন্নবে
মতম মানা পুবীরকলে
অওনবা নাইবা খোংচৎশিদা
নাইতোম তাববা চেক্লোচাগুম
উন্নবা ফংখিদ্রবদা মহাক্তো
পুবীখবো নীংশিংবা খুদিং
অমম্বা অহীং নহাক্না
লোইনাইদ্রবা বারী কয়াবু মা ঐতগী
থুপচিনথ্রো মরোল নাইনা
থমজিন্নগে চেকশিন্না
পূজা তৌফম থম্মোয় মন্দিরনুংদা
কনা খঙদা, কনা উদা
চেকশিন্না, য়ান্না চেকশিন্না
নমহৎখিনবা অকাওবা কৌবা মহাক্না।।

৩১/১০/২০০১

# ঐগীদি থব্রায়নি মহাক্তু

মীনদি হায়নৈ মশক থী
কুচু মুই, য়েংবদা ফজদে
জগৎকী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগুম
গোপীশিংগী থবায় ওইবগুম
ঐগীদি থবায়নি মহাক্তু
নোংমত্তসু কয়া লৈতে
নোংমত্তসু নোকপা লৈতে
মমা ঐনা চৎখিবদা, হঞ্জিল্লকপদা
অদুবুনে, ঐগীদি থবায়নি মহাক্তো
শকথীবীদো, পূকফবীদো
নৌরিবা ইচাগী মায়খোং
য়েংবদা নুংঙাইজে বুব- বুব লাওরদনা
ইখিংদা খিংবা মখোং মখুৎ মচা- মচা
ফানবা ঙমদে, ওইনৈ থবক অমদুম
চাওহন্নীংই মাবু য়াম্না থুনা
তৌহন্নীংই সমাজগী সেবা
মীপুম খুদিংবু পেলহন্নবা
কনাসু নত্তে মহাক্তো
থবায়নি ঐগীদি থবায়নি।।

২৮/১১/২০০১

# থম্মোয়গী তেংথা

কায়নবা নঙনা লৈরমদ্রবা
থংলম্লোয় কয়ামুক নুংশিবা
ইবম্লোয় তেংথাগী বাহৈ
শক্লম্লোয় কায়না ঈশৈসু
শেংনববা থবায়গা হকচাংগা
পেন্নদবা বাকৎ কয়া
থম্মোয় থম্মোয় অনীদুগী
মৈচাক্লা কাথেক্লবা মায়থোংসু
উংলমেল্লায় কনাগী মফমদা
ফোংঙমদ্রবা পাওখোং কয়া
তিনগ্রে ঙম্নমক মালংদা
ফংঙম্লবোইদবা পাউখুমদু
ঙাইকবগী কবি কান্নবা
বাজববা হকচাংনি,
চোকথববা থম্মোয় মাবু
থেমজিন্দুনা হীংলি ঙসিসু
লাক্লবোইদবা কনাবু ঙাইদুনা॥

২৮/১১/২০০১

# নুংশি পাউজেল

থাবি ইপাও কয়া
ওয়্লমক মাংখি মালংদা তিংদুনা
চৈখি নওবু ইচিলপেয়া
পাংদবা মীচেন্নী নংদি
নুংশিববু মীরাইবীরগা
করি কান্নবা লৈবগে
কপহন্নলগা ঐবু তত্তনা
পেন্নীবরা নঙগী থম্মোয়দুনা
কখোকপগী মরুম থুপ্লগা
পেনগনি খনবরা
নঙগী চান্নবীগী থম্মোয়দুনা।
হায়ম্বু নঙগী থম্মোয়দুবু
নুঙগুম্না কল্লবরা হে অথৌবা
অমুক্তা লেপ্লখো নংগী চান্নবীগী নাক্তা
য়েংলখো নমিৎপেয়া নুংশি খুদোল
পোমশাংনরক্লে ওসিদি লৈকা ফম্না
মনীং তম্না লৈকোম্লুংদা।।

২৮।১১।২০০১

# সনা লৈবাক মণিপুর

অবাং অপা লৈত্রবা
চাদ থক্তবগীসু বাদ্রবা
লাইয়া অনংগী
লাইরিক লাইশু তমদবগীসু
শুকম নোমকম লৈতবগী
পৈশা নুংশা পাইদবগী
পুন্নমকসিগী পূনফমনি
সনাগী লৈবাক মণিপুর
পেনখোকপা হৈবা কয়ানি
ঙাকপীহৈবশিংগী লৈফমনি
কখোকপা ঙম্বশিংগী তূংনফমনি
মণিগী লৈবাক মণিপুর
মচা মণি পোকপীনি
পাঙলবা কয়াগী মমানি
অবাবা কোঙ্গায় কাওখোকহনবা ঙম্বা
হরাও কুম্মৈদা ঙাওজবা
মবেক মহাও খোক্লবা
লেপ্পা লেপ্পা কংলবা
কংলৈপাক্লি ঐখোয়গী
ইমা লৈবাক মণিপুর ।।

২৫/১০/২০০১

# অনুতাপ

য়াম্লবা মীয়ামসিগী মবক্তা
থীরুরি নওগী শক্তমদুত্তবু
চোকথববা ঐগী মীৎম্লা অনী
মমি শাম্লক্লে উবক্লবদা
কাম্লবা ফৎদ্রবা হোৎনজরুবগী
কপচখি লোম্লা লোম্লা
মীয়ামসিগী মকমদা
কনানসু খৎবীদা কনানসু উবীদা
শাওজখি ইশানা ইশাবু
থেমজিনবীনবা কনাসু য়াওদনা
অনুতাপতনা কাথেকপবা হকচাং
মাংখ্রসনু মদোম তুম্মিন অবেম্বদা॥

২৫/১০/২০০১

# আত্মাঘাত

মীনা মীবু হাৎনরে
শা ওল্লে মীয়ামসে
শেৎ শেত্তুনা চানবে
অওম অওম্বা হাৎনবে
চেনফম লৈতে কনাসু
মাংদনা লাং তূংদনা তেন
শাদানবনা লাঙ্গোই চল্লবী
শজী মচা নহাকী
চেনফম লৈতে কদায়দসু
থৎত্রে মায়কৈ খুদিং
থাগ্রে লাম্মে কোয়না
চোংথবা নত্তনা লোকখাদা
উপায় লৈতে অতোপ্পা
হায়নগনি অউবা মীয়াম্মা
নোক্লবীগনি নোক্লা চাওবশিংনা
মীনোক মৈশা তাদ্রিঙে
কৎথোকত্রে থবায় মীংমাংদা
আত্মাঘাতনি আত্মাঘাত মানা তৌরিবসে
তুংগীদমক চাবোল শুবোলশিংদা
তাক্লমলবনি পরা অমা
ঐখোয় মীয়াম পূম্নমক্তা।।

২০০১

# মমীনি মমী

ইনাক্তা নংঙাইনা তুমজরীবা
করিসু খংজদ্রীবা নবাশিবু
উরগা নীংশিংলী নঙগী ঐগী
লোয়নাইদ্রবা বাবী শীংবুন
কাওঙমদ্রবা থৌদোক কয়া
মীৎমাংদা জগোয় শারবগুম
তৌথোরকপা খুদিং ইমান্দা মান্নবা
খেন্নবা লৈতবা নহাক্তা
মসিনসু ময়েক শেংবা হেল্লী
নঙ ঐগী নুংশি মরী
মীনদি হায়নে মপা মাল্লি
খল্লি ইদোম তুমিন্না
কবন্না মপানো মাল্লিবা
পূক্লিংনা লাৎচরীবা মহাক্তুরা
নত্রগা মীংনা উজরিবা মহাকসিরা
ঐদি খংই লাইনা খংই
খোয়দাজকবা পামজকবা খুদিং
উংথোরকপা মাগী মওং মতৌদুনা।।

১২/০৯/২০০১

# নাথেম্প্রবা লম্বী

শোঙ্গবগীদি লেপত্রবা
লাক্লরোই খংনা ঙাইবিবা
ঈশ্বরবগী ভক্ত অমগুম
ঙাইবি ঐসু নহাক্কপু
চোকথববা মীৎ অনীসিনা
খিরি নঙবু লৈ লৈদুনা
মীয়ামসিগী মবক্তা হঞ্জিন-হঞ্জিন
লাকপদি লৈখিদে অমুক্তসু
নোংম-নোংমা হৌজিনখি
ঙাইবীরমদে মতম মানদি
হায়নখিবা বাফম থানখিবা পুংফম
ঙাকপা ঙম্লক্তে মাসু ঐসু
খোংফম হন্তোকপা হৌরকখি
মীতৈ নুপীগী থৌনা লীংজেন্দগী
চেনবা হৌরকখি নাথেদুনা
লাপ্প্রা, যাম্না লাপ্প্রা
ইতোপ তোপ্পা লম্বী অমদা॥

১২/১২/২০০১

# শিনফমদুননি

শেগাম্ববা চেথী চেপ্তম
মরক্তা ফম্না ফম্না
হোৎনজৈ মীয়ামগী মনীং থুংনবা
কোয়চেন চেন কোয়থী থিদুনা
পীনবা লাক্লজৈ ফংননবা
মখোয়গী অনীংবা অপাম্বশিং
উশিংগীদে ঐবু কনানসু
নোকসু নোক্লবীরম্মি চৈসু চৈবীবম্মী
ফজনা থমদে নীংথিনা থমদে
লেংশিন্দে মফম চানা চানা
গুাংবীবম্মী হায়বীবম্মী তাকপীবম্মী
ঐবু নুংশিবা শাবা
থবায় য়াওবা ইবুংঙো ইবেম্মশিংদুনা
শাওনীংলুদে ঐসু মখোয়বু
খন্দুম খজৈ ঐগী শিনফমসিননি
লাইব্রেরীদা লৈবনবু কয়াম নাল্লুগদগে ॥

১২/১২/২০০১

# অওনবা

নুংশিজে ইমা লৈবাকপুদি
কংখোকচে থবায় হকচাং
পোক্লকখদি ঐগী ইমালৈবাকীদমক
পান্মুজে নহা ওইবশিংগী পুন্সি
ঈ মশেল হাংনবা মরক্তা
কককাওনে মখোয়গী বাখল্লোনসিনা
কবি করঙ্গা মথলগী অওনবনো
(বিডোলুশননো)
তত্তনা হংজে পাওখুমদি ফংদে
পুবকসনু অওনবা মখোয়গী মরক্তসু
লেপখিসনু হাংনবা অমগ অমগা
পামজবসে ঐতগী নত্তেকো
ময়ামগীসু খোল্লাওনি লেপতবা।।

০৪/০৬/২০০১

# তর্পণ

কেক্রূ পাংকী পাংয়াইদা
কংলাগীদি চীদায়দা
থবায়না পোম্বা শীদুনা
মমা নীংবা মচাশিং
পোখারিবা অথৌবা ১৮
জুনগী তাং ১৮ ইংকুমজা ২০০১
মুখংপা য়ারবোই অমুক হন্না
করি পাউখোংনো চন্নিবা
লোংলিবরা নখোয় পুন্না
কে কু ফোংদুনা
তাক্লবো তম্লবো নরুপ নপীজা ঐখোয়দা
কবি তৌশিগে ইমা লৈবাক
পোক্লফম ইমা মাগীদমক।
সনাগী মুক্তা ইদুনা
লৈহৌবগনি শাগোন্নদুনা ইতিহাসতা ঐখোয়গী
বাবীনহৌবগনি তুংগী মীরোললনা।
নীংহন্নবা লৈত্রবা নখোয়গী থৌনা লিংজেল
কংলক্কনি নীংশিং তর্পন
হবাউনা লৌবীয়ুকো মতমখুদিংমক্তা॥

৩১/০৭/২০০১

# মীওইবগী

ঙসি শিনি খংদবা
হয়েং শিনি তাক্তবা
মীওই পুন্সি খোংচৎসিদা
করিগীনো অসুক য়াম্না য়েংথিনরিবা
হাৎনরিবা অমগ অমগা।
পলেপফম খংদনা ঙাওচৎনবীবা
নং ঐ ঐখোয় পুন্না
ঙাওমীন্নরে খুৎঙাও তীন্নদনা
ঙাওদবা মীবু লৈবিববা
ঐ ইশামকসু য়াওবিবনি
অদুগুম্না অঙাওবশিংদুগী মবক্তা
থাজবা ঙমদে, গ্যান তাবা মী
য়াওরি হায়বা মীয়াম মরকসিদা
হাৎনবগী কান্নবনা কদায়দা
খল্লবগী মতমদু য়ৌদ্রিববা ঐখোয়বু
তমশিগবা ইংনা চীক্লা
নুংঙাইনা হীংবা পুন্সিদু
মীথোই মীহেন ফীদমনীংঙাই
ওইবা কয়াদুগী মতৌগুম
ওইহনসি শান্তি হায়বদু অমুক্তদি॥

১৩/১১/২০০১

# মীগী মমল

পামজদে ঐনা কৈদৌনুং
তনীংজুবসু লৈতে
মী অমগী মমলনি
লুপা লাক্ক অমা
য়াম্না য়াম্লমবদি য়াই
পৈশাগী ভেল্যু, করিসু নত্তে
ঐগুম্বী কয়াগী মফমদদি
য়ানীংলোয় কনাসু
মীহাৎ থীনা হাৎপীত্রবা
ঐগী নুংশিরবা থবায় ময়াম
মস্তীক্রবীগনু কৈদৌবগে
পোত্থাহনবীয়ু ঐবু ইংনা চীক্লা
ইদোম তবক মীয়ামলক্তগী
লাপ্না, য়াম্না লাপ্না
পামজদে ঐনা লুপা খাউজাও
নুংশিজে ঐনা ঐগী ইচা ইনাওশিং
মোমোন নোকপা মখোয়গী মায়খোংদুনা
অমুক্তা হেন্না খোয়দাজে
পামজদে কৈদৌনুং মীগী মমল
অমুক উবসু ফংলবোইদবা
মীদুগী মমলনি "ক্ষতিপুবোল" ।।

২০০২

# ব্রাকৎ নত্তে চোয়রোলনি

ৱারবা পুন্সিগী পাউদমখোল
হায়ফম লৈতে কন্নাদসু
লেপ্লী ইদোম তরক
ৱাখলগী পোৎলুমসে পুদুনা
লমফাংলবা মীয়ামসিগী মবক্তা
চন্নফম লৈত্রবা হকচাং
পোল্লাংসিগী মপূ ওইদুনা
খিবী ৱাখলগী লংলা লংজিল
হৌরকফমসু কাওব্রে ঙসিদি
নাথৈত্রবা ঈশিং ঈচেলগুম
মাংব্রে উনা উনা মীৎয়েংগী ৱাংমদা।
লেপ্লী ঐসু খনফম খঙদনা
লাকপগা চংখিবগা থৈনরিবা
লপ্পী ময়াইসিদা পুন্সিগী
লেপ্লি ঐসু মপু মাগী
শিঙ্খা ঙাইদুনা ৱাকৎফমসু লৈতনা
চোকথববা হকচাংসিগী মপু ওই
হকচাং পোল্লাংনা মন্দ্রিকাও
শংখিবা তাবী শীঙমদ্রবা থৱায়সিনা॥

০২/১২/২০০২

# চামঙা চংপীগী তাং

লাইখুংশাংবী মাল্লবা মখুত্তু
চীংশিনবিদুনা ওল্লকই মীচম
তোংশিল্লকই মীয়াম মবক্তা
কাক্লা ৱাহোং মত্তু থেংপগুম
ইউ উনে ইখং খংনে।
ৱাদি হায়দোক্লদে কনাসু
মোমোন মোমোন নোকই
মীকৌ মীরম ফজবকই
মখুং- লোন্ন-লোন্নবদুনা চংশিল্লকই
অদুঙৈগী হাংখিবা মমানীংবা
মচা ১৮,
অদুঙৈগী জুন ১৮ গী থৌদোক
ঈ তৈববা মখুং অনীদুনা
পগুথহনবা গুমগত্রনে য়াল্লবা মীয়ামসিবু
মাগী গান্ধি য়েকপা চামঙা চংপীগী
নোত মপূনশিংদুনা
ভোংকী মতমনা লাকপদা॥

১৮/০১/২০০২

# লংজখিবনি মখোয়দুনা

নীঙ - মাং হন্না-হন্না য়েং
চংশিল্লকখি মীরক খায়-খায়দুনা
লাকখি মখোয় মরী-মঙা
অউবনা অখংবনা লাওরকই
চৈরকই মীয়াম তানবা- উনবা
তাম্লোকখো মখোয়দু
মমা লৈবাকপু য়োম্লোকপা গুম্বা
মখোয় ৬০ দুনা থকখিবনী ঁই
ঐখোয়গী মমা নীংবা মচা ১৮ গী
তাং ১৮ জুন থা ২০০১দা।
কংহনগনু লৈবাং মখোয়দা
তাহনগনু তৌশিন্নবা তাংকী পীরাং
য়োংহনগনু শেংলবা মফমসে
অমাংবা তৈরবা মখোংদুনা
লংশিনবীগনু পাপ, শেংলবা
মমা নীংবা মচাশিংদা
পেখোহনসি ইংনা চিক্রা
কেক্রুপাং ইমাগী মশাইকোন্দা॥

১৮/০১/২০০২

# এড্রেস

হাপনীংলুদে কৈদৌনুং
পামজরুদে ঐনসু
ঐগী লৈফম ওইরিবা
মরুম থুগ্না হিংলিবা
নুংশিবা মাগী মশাইকোল
খোয়দারুদে মতম খূদিং
হংলকপদা ঐহাক্কী
এড্রেস ! পর্মিনেন্ট এড্রেস !
পুন্সিচুপ্না লৈরগদবা।
হেন্না-হেন্না পামজরুই
পলেম মানা নাওকোনবীবা
পন্থৌ মাগী মশাইকোন
হেল্লি মমলয়াম্বা মদুনা
নুজা ওইবী ঐগীদি॥

০১/০৩/২০০২

# পূক্লিংগী ব্রাকং

মাত্রবদা খোঁনা লীংজেল
ফল্লী তুমিন তৌফম খংদনা
অমুক্সু কপ্লি, অমুক্সু নোক্লি
হংলি তত্তনা নুংঙাইবদুরা ?
মসিবু মীওইনা পোকপগী
চন্নফম খংদ্রবা ব্রাখলগী
পক্লেপফম নাইদ্রবা ঈচেলদা
তাওথবি ঐগী হকচাং পোল্লাং।
চেহ্নুবী ইথক ইপোমগা
লোয়ননা থিরি লেপনাইদ্রবা
ঈচেল্দুগী পম্বুংফম পাক্ল ঈপাক
তিনখিসনু মাংখিসনু অব্রাবা পুম্বা।
কোক্লসনু চীন্তাগী পোংলুমসু
লুপত্রসনু ঈবোলনুংদা কল্লক য়েংখি
হাংনা শুনবা খুদিংমক্সু।
পেনজগে মতমদুদা ঐসু
পোখ্রাজগে মীয়াম মরক্তা
নুংশি চান্নবা মতৌরক্তা
ব্রাকংনি মসিসু, পূক্লীংগী ব্রাকং॥

০১/০৩/২০০২

# ঐখোয়গী চৎনবী ওনথ্রবদা

চৎনবীনি ঐখোয়গী করগসন
থবক অমা হাপ্পদা
হাপলিবা থবক্কী মমল পীবা
লাইরিক তম্বগীসু অদুমগুায়
পীনৈ পৈশা তৌনৈ দোনেশন
মীং চনবা ফংনবা
ডোক্তর তম্বগী ইঞ্জিনিয়াব তম্বগী
মনতিক্লবা ওাক্তনি, চৎনবীনি মতমসিগী
তৌরম্লবদা কবগসন
চন্নকমসু লৈববোয় ফিদাসু ফংলরোয়
ওসিগী চাওখৎলবা সমাজ অসিদা
তাগনি নাইতোম ইথক্তা
ওইবক্তনি মীগী নোক্লফম
মীমান্নব্রবা পুন্সিদুবু উরগা
লাপথোথক্তনি মতমদুদা ঐসু মীয়াম মরক্তগী
পোক্লক্তনি মতমদুদা নীংগুমদবা
চৎনবী য়াওদ্রবা মীওইগুম
লমদমসিগী মী নৎত্রবগুম
নাইতোম তারে হায়দুনা॥

১৯/০৭/২০০২

# শান্তিগী পাউজেল

অনৌবা আশা কয়াগা লোয়ননা
শাগৎখি নুংঙাইববা দলাল কয়া
মঙখি নুংঙাই নুংঙাইববা
ফজ ফজববা মঙলান কয়া অমসু
নীংতম্বগী লানফমদা
থবায়না পোম্বা পীথ্রবশিং
চাফম থকফম খংদনা
তুম্বা চাবা চংদনা
অশুকপা জঙ্গলদা য়াবেক্রিবশিং
মবোমদোমগী নত্তেদো
য়াওবিবনি ঐগীসু শকক
ঙাইহরি ঐনা মঙফাওনবকপা
মঙলান্দুগা লোয়ননা অনৌবা আশাদু
পীজনীংই শান্তিগী পাউজেলসু
মালেম শিনবা থুংনা
অদুবুনে ওইকদে ঐদি
অফাওবা কবি অমসু
মশক নাইবা রাজনিতিবালাসু নত্তে
পৈশা পায়বা রাজনিতিবালাসু নত্তে
পৈশা পাইবা মীনা শকখংবীবা অমসু নত্তে
লৈতে তাবীনবা রাকংসু পাউজেলসু
ইচম চম্না হীংজবা মীচম ঐখোয়গী।।

১৯/০৭/২০০২

# দুর্গা পূজা

লান পাম্বী ইমাগী মীংদা
লাংলি ইমাগী মূর্ত্তি কয়া
লাউরী লেপ্পা লৈতনা হাওশিসু
কংলি জগোয়গী শাথেক
মখল মথেলগী কেসেট জগোয়
উকব্বগা চিত্রহাবগী শাথেক
খনজরুই পেনবীবমগদ্রা ইমা মহাক্লা
অসিগুম্বা মখলগী কুম্মৈসিদা
অবাবা লৈতবা মীতৈ লৈপাক
নুংঙাইথোকপা হৈবা মপারী মমোমলোয়
কয়াগী
পোক্লফমনি সনালৈপাক মণিপুব
নুংঙাইবা পামদববু লৈববা
ঙশৈ নোংমাইদা তাউরিঙৈ
মাংখিগনি নোংমদি ইশাগী শক্তম
কলচব নাংকী ওইবা ঙম্নমক
বাখল তৌজহৌ নহাবোলশিং
জাতিগী শুম চাববা যুম্নীবেলদি
ওইহল্লরোইশিকো নঙসু ঐসু ।।

০৩/০২/২০০৩

# পুন্সি খোংজেল

কন্না চেন্নীবা মীদুনা
খৃদি অমুক থীবদা
কাউহন্নী মনা ফংবগী বাখল
ঙাওহন্নী ঙাইহাক্তী চৈনাদুনা।
হম্বুরকপা মীৎকুপ্তা
চেন্নী অমুক পম্বুংফম তম্না
চেন্নী ঐসু লেপ্পা লৈতনা
পুন্সিগী পম্বুংফম তম্না।
থিকবে খৃদি মবক্তা
খাংঙমদবা চৈনা খাংলিঙে
হৌখবে মতম অরেম্বদা।
খন্নী মরক্তা লেপ্তুনা
চেনখিসিবা পুন্সি লমজেল নত্রগা
লেপখোক্লসিবা মফমসিদা অসুম
তংখাই চন্নবা খোংজেলসিদা
মীচেন অমগী মতৌগুম।।

২০০৩

# অরোয়বা পাউদম

অরাংপা লৈত্রবা মযমসিদা
করিগী ফাওরী ইরাংতা রাংপগুম
কাউরগে খল্ল খল্লগা
খোইনা হেন্না নীংশিংঙী।
ইশানা ইশাবু নীন্দা তৌজরদুনা
কায়রবা থম্মোয়বু খেমজিনজরী
খল্লমগনি অহেনবা পাম্বিনি
লোনখোঙবা নঙগী থম্মোয়দুনা
ঈচেল নাইনা চেম্বুরিবা
থিংঙমদ্রবা পীরাং হায়য়ু
লৈবগে নঙগী করি ননীং থুংদবা
ননীং তম্না কম্মু
মদুতনা পোথাজবনি
রাববা থম্মোয় নহাক্কী
লোৎশিন্দুনা থল্লগে
চীক্রবা থম্মোয়গী কাচিন্দা।।

১৬/০৪/২০০০

# নঙগীদমক্লি হে মহৌশা

নঙগীদমক্লি ঐনা হীংলিবা
নুংঙাইবা মঙলান কয়া মংদুনা
শাগংলি নঙ ঐগী ফজববা য়ুম
শেমগংলি পৃক্লিং হুববা
লৈবাং কয়ানা থল্লবা লৈকোলসু
যেংবগী পেনবা লৈত্রবা
উকবা খুদিং মীংফম হোংনীংদ্রবা
ঈশিংচাইবীগী নুংশিববা খোঙেল
উচেকশিংগী খোয়থুম্নববা ঈশৈ
ওয়্নমক তানিংই ওয়্নমক নুংশিজৈ
নুংশিবা নঙনা ইনাক্তা লৈবিঙে
স্বগনি মফমসে ঐহাক্কীদি
নন্দন কানন্দগীসু হেন্না নিংথিজববা
খঙ্গবিবনি পৃক্লিংদা, লাংচবিবনি মীংকুপ খুদিং
নঙগী পৃক্লিংহুববা শক্তমবু
মন্দিবগুন্নবা মফমসিদা
লৈবীয়ু 'নাক্তা লেংদনা
জগৎকীদি মপুও থাদোকপীগনু ঐহাকপু
লম্যাংনববা তাইবং ঈপাকসিদগী
কনবীয়ু ঐবু মতম খুদিং
অবোয়বা পুংজানা লাক্লিফাও ।।

০৩/০২/২০০৩

# অনীথোকপী

মতম খুদিং অনীতাথোকপা
থবক খুদিং অনীথোকপী
হরাও কুম্মেমক্তা ওইববসু
লাইগী থৌবমসু ওইববসু
মীয়ামগী থৌবমবু ওইববসু
লৈবাক্কী ঐগীদি ইবৈপাক
অনীথোকপী ইবমদম
বন্দগীদি হৌধককম
স্ত্রাইক কর্ফিয়ুগী-গী তৃংনকম
ইবৈপাকনি ইবৈপাক
মৈতৈ লৈবাক মৈত্রবাক
পোক্লফম্মি ঐগীদি ।।

০৩/০২/২০০৩

# মীওং মীনৈ

শেং শেংভুনা চানরবা
অউ অউবা হাংনরবা
মুন মুন্দুনা লৌনববা
খঙ্‌নবা মতম ফংদ্রবা
চংনবী ওইববা মীয়ামসে
কবক্লা মতমদনো পুরক্কদবা
অওনবা হায়বদো খুন্নাইসিগী
মীহাৎ মীপুন্না থল্লে
মীকপ মীরাওখোলনা নীল্লে
ঐগী লৈপাক ইবৈপাক
শোক্লফমদি মণিপুর
মচা কায়নববী মমা ওইরবীশিং
মপুবোইবা লেংনরবী
লাইবক থীববী নুজাশিং
কপ্লগনু কৈদৌবগে
ওল্লক্তরে তাবা নুংস্থিক্লববা
খোজেলদো
নীজসি মপু মঙোন্দা
হায়জসি মফমদা কনবীনবা ময়াম্বু॥

০৩/০২/২০০৩

# বোস

ঐনা অচুম্বা ফনা তৌদুনসু
বোসনবু য়ানিংদ্রবদি
লাল্লবনি অদুম ঐহাকসে
নুংতিগী ওন্না য়ৌজবদো
নোংমতং হেক থেংলুবদা
হেক্তা হায়রকনি ঐবু উবদা
ওফিস মতমসিবু পুং কয়াদনো
মতমচানা লাকপা ওমদ্রবদি
পান্নুবি করিগী ওফিসকী থবক
থরা ওন্না হনগেগা হায়কম্ববদি
মীচৈদি অদুম মচারে
অমা নত্রগা অমদি
মতম পুন্নমক্তা ইচুমদা চুম্মী
ইথক থোংবা ওফিসার
মানা ওন্না লাক্লিংবা
মানা থেংনা হন্নীংবা
মনীংনি মাগীদি মনীংনি
হায়নরীবনি ময়াম্না
শোন্নবিবনি অসুম্না
মতম পুন্নমক্তা অচৌবদি ইচুমদা চুম্নবনি
বোসতি বোসনিদনা॥

০১/০৫/২০০৩

# বুস অমদি সদাম

লান পামজবা বুসনা
খনগৎলি সদামগী লৈবাক
কন থৌবদা আমেরিকানি
মী উশিত্তবদা বুসনি
নোনজবা হৈনদবা সদাম
নমদুনা চিংথোকই
লৈবাক মীয়ামগী মমাংদা
সবেন্দর তৌ হেক্তা হায়
য়ানীংদবা সদাম মহাকসু
চপ লেপ্তুনা হেক্তা মবৈখি
মূরুবা অনীগী মরক্তা
অঙম তান্নবগী লমজেলদা
ওইবে মীচম প্রজাশিংদি
নুং অনীগী মরক্তা হা
মাংজবতনি মীচম ঐখোয়গীদি
মমা কায়নববা মচা কয়া
মবুং- মৌপা, মচা- মশু
মচিন মনাও কায়নববা
কয়াগী মীকপ মীবাওখোল
কোকহনবা ঙমগদবা
মেনখৎপীবা ঙমগদবা
অরাংপা কয়াদু
লান পাম্বা মখোয়শিংদুনা ?

০৫/০৪/২০০৩

## লানগী চৈনা

উকয়ে ঐনা ফোতো অমখক
অতূন্না মীগুম লৈবিবা
মমাদুগী অশিবা মশা মনাক্তা
নীংঙাইবা লৈতনা শান্নবি
অশোকপগী চৈনাসু কাওথোক্লদুনা
মমিং উবা ফংজদ্রবা অঙাংদুনা
অমুকসু কপ্লি অশোকপা মফমদগী
অনাবা ফাওরকপা মতমদুদা
অমুকসু হৌদোক্লি মচাদুনা
তূন্নিবনি খন্দুনা শিববা মমাদু
তাবীনবা য়াওদ্রবা মচাগী তেংথা
খুনক্লবোঁই অমুক হন্না
থবায় য়াওদ্রবা মমাগী
হকচাং গোল্লাংদুনদি
খুদিংমকসে হে লাল নহাক্লনিকো
কায়হল্লিবা ঐগী থম্মোয়সে
মচেং কয়া থোক্লা হঙ্জিল হঙ্জিল ॥

০৭/০৪/২০০৩

# মংলান্দুনা ঐহাকপু

মীৎকপ খংথোক থোকই
নুংঙাইনা তৃমখূন তাল্লুবদগী
অমুক হন্না তৃমথগে হোৎনৈ
হন্না হন্না হোৎনকব্বগী
কান্নবসু ইফং ফংদনা
মীৎসিদা হমদুম উবকই
ঐবু পোকপা পলেম পম্ভৌগী
মঙম ইশান শান্দ্রবা
পাঙ্গল ময়েং তাববা
চোকথববা মখোয়গী মশাদো
নীবম্মী মতেং ঐঙোন্দগী
অমুক্তসু খল্লুদে অমুক্তসু নীংশিংলুদে
অহল ওইববা মখোয়গী
লমন তোল্লিনা ঐহাকসে
লমদম তামহৌববা মখোয়দুগী
কনা লৈতে হন্না য়েংবদা
থৌশাদ্রবদা মচা ওইবা ঐখোয়নফাও
হৌনবিববা মসিবু ?
মচা পোকচবগী নুংঙাইবদুবা
নোম্বমখৈ নোমলগা
মনমগন্দা মরুম থুবগুম
ব্রাজবিবী মখোয়নি
ঐখোয়বু মীবক তিঙ্গহন্নবা
হোৎনবদা ব্রাজববা মখোয়দু
কবিনা মতেং পাংশিগে

করম্না মখোয়বু পেলহনসিগে ?
পীনবীয়ু শক্তি অঙম্বা খৌনগা লোয়ননা
লেপচগে মচা ঐখোয়সু
পলেম পষ্টৌ মখোয়গীদমক ॥

২২/০৪/২০০৩

# শর্মিলা

নুপীলক্তগী অথোইবী
লৈবাংগা পাংখক ওইজববসু
মীপুম খুদিংবু ওকহনবা ওন্নী
কালেন্থাগী লৈবাকলৈ গুম
অখাং কনবী থৌনা লৈবী
নুপীলক্তগী অথোইবী
হে মৈতৈ লৈমগী মমোমলোয
ওকইদকো নহাকসে
অফসপা নহাকথক্লানিকো
থাগৎতবসু ওমজদে
হৌগ্লবা নুমিৎ মশিং কযাসু
লেপ্লা লৈতে হনবা লৈতে
ওাইমীন্নসি নংসু ঐসু
ঐখোয পুন্না চংশির্নমিন্নসি
লেপ্লী ঐখোযসু নহাক্কীদমক
তুংগী মীবোলগীদমক খন্দুনা।।

*১৮/০৪/২০০৩*

# পেম্থোকপসু তমসি

চরক চহিং নাইবা
ঙসিনা কদায়দা হয়েংনা কদোমদা
মফম খংদনা হিংলিবা পুন্সি
নোংমতসু নোকউ মকা লাম্না
মকশিল্লবা মাইথোং নঙসু
ওইহল্লু মোমোন মীনোক্লা
লৈতেংবা শুমহংনিংঙাই
ওইববা মাইথোং থাজ
চাওথোকউ থম্মোয় নঙসু
কংথোকউ ইমা লৈব্যাক্কীদমক
থাংজিল্লুববা খোঙথাঙ
শল্লুগনু অমুক হন্দোকপগী বা
লেম্মু নুপা থোক্লা
অঙম্বা পাঙ্গলগা লোয়ননা
য়েক্ল মায়বোং য়াবম্মু
শমাই লৈনা চেনগনু
খনবা তম্মু ইথম্তা নত্তে
মায়োক্লবা লানফমদা
ওইগদবগী শরুক মীগী মীনাই
হিংলমসি মীৎকৃপ অমত্তা ওইববসু
নীং তম্না নঙ ঐ, ঐখোয় পুন্না ॥

০৫/০৬/২০০৩

# অশিবা নহাকসে

তশেংনা কিজৈ ঐ
অশিবা তায়বা নহাকসে
কনানস্ খংলুদে কনানসু থিজিনল্দ
নীংশিং বমু তৌনদ
শিবা লাইবা ওইবংনি
খংনবিবা ময়াম অমগা অমগা
তাংনবি ঙস্সু ঐখোং মশেল
পুংশিবা ফংগনদে
লৈমীন্নবিবা ঐখোয়গী ইবুঙ্গসু
জাৎ মান্নদবদি হায়কনু
ইমা ইপা অমত্তগী
মচা ওইনবা ঐখোয়ফাও
মুন্নবি তান্নবি অঙঙম অঙন্বা
শেংশেত্তনা চানবি
লন থুম তানশিন্নবি
খোমজিন্নবি অমগা অমগগী মবক্তা।
হেক শিবগা লোয়ববা
পুন্সিসিদা কবিগীনো
অসুক য়েংথিনরীবা মীওইবা ?
অমুক অমুক নীংশিংলুবদা
তু খ্যাও চুংই
কি তশেংনা কিজেকো ঐ
খংনজবোয় কনাগসু
তন্না ঙন্না নত্তেকো
হায়বা য়াবা নত্তেকো

কৈদৌঙে শেগনি হায়বা
তমশি নুংশিননা হিংবা
ঐখোয় মশেল অমত্তা ওইনা
নিংশিংসি অপুনবনা পাঙ্গলনি
ইমা অমত্তগী মচানি ॥

# মীহাৎ থীনা হাৎপীখ্রবশিংদো

হৌদোংনা উচি ফাবগুম
সিফাযনসু ফাবকই মী কযা কযা
মুন মুন্দুনা পুবীবকই
মমা ওইবিশিংগী মথানূংদগী
কাপখাযদুনা হাৎলি কনা অমসু
মাগী মাগী নুপী অঙাংগী মমাংদফাও
যেংহৈদ্রে তাহৈদ্রে মৈতৈ লৈবাক
মওং অমা তৌখ্রে
কবিনোনে লৈবাকসিবু
ঐসিবু হিংলববা নত্রগা
চৎনা চৎনা মঙ মঙলিববা ?
ওক্সিজেন থাজিনলগা থল্লিবা অনাব গুম
কবিসু হাযজবা ঙমদে
উন-উন খুদিংমক।
ঐবু ঙাকপী শেনবীগদৌবিবা
নুংশিনবিবা মহাক ফাওবা
থাজনীংঙাই ওইবক্রুবদা
ইশানা ইশাবু থাজখিশিবা ?
ঐবু কৈদৌঙৈ হাৎপীখিগদগে
কেবোসিন হৈজিন্দুনা হাৎকদবা
মোন্না নমশিন্দুনা হাৎখিগদবা
নত্রগা ঙক্তা থৌবি যানবীবমগদবা।
মীপাইববা থব্রাযসে
তনীক্রবা হকচাংশিদগী
ইথক্তা থক্কৎলবা মীওইবগুম

নাংতক্লহল্লে ইশাগে
পোথাহনদ্রে থৱাযশিংসু
মীতাং থীনা হাংপীত্রবা
থৱায ময়ামদু উকন্বদা ॥

১৮/০৭/২০০৬

# চৈনাখোল

অয়ো চৈনা ফংলবা
তৌবাং ফজা ওল্লবা
হেদো নাহে চল্লবদা
কবন্মা মীওইনো হীংনিংখিগদবা ?
অনাবগী চৈনাবু খাংসিবা
ইচা ইশুগীবু খনশিবা
কবন্মা অনৌবা আশাদা
হীংখিসিবনে ঐবু ?
য়াখলসে কযাদা পীকশিনখ্রবা
হীংনীংবগী মহাউসু মাংখ্রে
লিশাংশিংনা নাবকপগী
নঙ্গলগা মোনপাক্কা তাইনবগী
কুবোল হুবে গুম্লমক
পোমখৎলবা খোং খুৎ
লেগু ওৎপা গুমদ্রবা হুকচাং
ওৎখিসিবনে ঐবু ময়ামদা
নিনিতা গাইবিগে মতমদদি
হংলক্ষ্মী ঐবু মযাম্না
কবি ওইনা গুমদবনো ?
নওগীদমক ঐখোয় লৈবিবসিদি
অপান্দ্রা হাযবকউ মযামদা
নওগী ননিং থুংহনগে
তাখিবনি নাকোংশিনা নুংশিবা য়াহে
অদুবুনে,
গুসিদি মাংখ্রে গুম্লমক
কনা হন্না উবক্লে!

চানীংবসু ফাওবক্তে য়েংনীংবসু লৈতরে
ইশানা ইশাবু ৱাবৌজৈ
থাদোকতবগী থৱায় মহাক্না
ৱাববা হকচাং পোল্লাংবু
খঙ্গে অমুকসু ইথন্তা
ঐনা তৌবনা ঐনা ফংবনি
ঐনা পাপ তৌব্বগী
ফংলিবা মহৈনি গুল্লমক
হোৎনৌকো নখোয়দি
তুংগী পুন্সি নুংঙাইনবা
অফবা থবক তৌবম্মু
ঐগী মীগী খায়দনা
গুমজবা সেবাদা কৎখোকউ।।

২৩/০৭/২০০৩

# লাইবক্তা তমলমদ্রবদা

উকবে ঐসু নোংমদি
মোংলবা চাক্রিবদুগী
তিংথোবক্নিবা হাংলবা মখুং
কনানসু হন্না য়েংলমদে
তৌবমদে পীবমদে কনানসু
মীনুংশিগা লোয়নবা দান
লৈহৌই লেপ্তুনা নীংঙমদনা
হাংলবা চাকখাওগী খন্দুনা।
নোং তাবা লৈতবা
নুংশাগী মৈশাসু ফাওদবা
অইং অশা ফাওদবা মহাক্তো
লাঙ্হেংনবীবনি চাকখাওগীদমক।
চংলিবনি ঐখোয়সু লেপ্পা লৈতনা
ইকায় ইকি খংদনা ইচা ইশু থাকপা ঙম্নবা
মীথোই মীহেন ওইনবা
চাওবক্রগা মহৈ চাগনি খন্দুনা
খেন্নবসিনা লৈবমদ্রবা
কয়াদা নুংঙাইনা লৈবমগনি
লাইর ইনাকখুনবা খাযদনা
তৌরমগনি মঙোন্দসু আশা কয়া
মাবু পোকপা পলেম পম্থৌনা
অঙাং নবা ওইরিঙৈ শেন্দ্রা শাবা য়ারিঙৈ
নীংবগা তৌথোরকপগা খেন্নবা
মায়াগী তাইবং অসিদা
তায়োন্নখিবা ওইরম্বসু কনানা খংবা

চেকশিনশি ঐখোয়সু
তমজহৌসি অনৌবা পাবা অমা
শেমগৎসি লাইবক ফবা ওইনবা
তুংগী অনৌবা মীরোলগীদমক।।

২৩/০৭/২০০৩

# বজারগী কাণ্ড

অশুকপনা থল্লবা শকফম
অকি তুজুংনীংগাইগী শাবান
নোংমতসু মুন্না যেংশিল্লুদে
চন্দি নোংমসু মনাক শমদুনা
অকি তুজুং লৈতনা
খংকি কিবে ওসিদি
মনাক ফাওদুনা চংকদবা
নোংমা তাখি মাগী ৱাবী
অকি তুজুংখি থৱায হকচাং
"কাও মানবু খোংলবা
খৌদোক অমদি খোল্লকনি"
থাজখিদে ৱাহেংশিংদো মীযামগী
ইকুই কুইখিদে মতমদো
মনাক্তা চংলম্বা নুপাদো
ৱায়খি কোংতান তান্নদুনা
তাদুনা লৈববা মহাক্তু
চেনশিন্দুনা অমুকসু
নেংশিন্দুনা থমখি হায
কোন্নথংদা পুখংখি
বিমস হোসপিতালদা মযাম চংদুনা
হীংলমখিগদবা মহাক্তু
তমখীখবেদা বাজাবগী কাও
উন-উনা খাম্বা ওমদবা
পাঙ্গল লৈখিদে কন্নাগীসু
অংতেম্বা ষণগী চৌনবা

ৱাইৱকপদা শক্ন ফংবনি
লক্লকনু মঙোন্দা
কাইহৌকনু কনাসু
চেকশিনসি ঐখোয়সু ইশানা ইশাবু॥

২৪/০৭/২০০৩

# কল্পকপা

নুংঙাইববু পামদবা
অহাওববু চানীংদবা
ফজববু য়েংনীংদবা
কনা লৈবগে জগৎসিদা ?
মীপুম খুদিং শুমহৎলি
ফজববা তাইবংপানশিনা।
ওইনিংলকই খুদিংমকপু ঐতগী
লাকশিল্লকই কল্পকপা মীহৌবা।
ওইজবা তানবা হায়বদুনা
ঙমলক্তে কনসু পেনখোকপা
লৈজবিবা খবা অদুনা
পাম্লবকই ঐসু মীসু
বাদনা নুংঙাইবা যাবা লন্বী
থীনবকই মনুং মপান
লোন্না কয়া, ফোংনা কয়া
কীনবক্তে ঐসু মীসু
শীগনি হায়বগীসু খন্নবক্তে
পুম্নমকসে হে কল্পকপা
নঙগী নগুণ ঙাক্তনি
অঙকপনি তাইবংগী চৎনবী নঙসু
হে মহৌশা কৌবী লাইবেন্বী
তাম্থোকপীয়ু নহাক্না অমুক্তদি
মীওইবা জগৎ অসিদগী
কল্পকপা হায়বা ফত্রবা
পুক্লিং মহাকপু লাকশিনবা ঙমজনবা
শীনবীয়ু শক্তি ঐখোয় পুম্নমক্তা।।

১৫/০৯/২০০৩

# পোমশাৎনরকপদা কেনখ্রবীদো

মীপূম খূদিংগী থম্মোয়দা
মীনুংশিগী লংলানা পূনশিনবীবল্লে
ঙম্নমক ঙসিদি মৈত্রবাকশিদা
কাওথোক্লুববা অমত্তা ওইবগী লীপূন্না
নীংশিংহনলে অমুক ইনৌ নৌনা
কয়াদা মগুণ লৈপ্তবা
কয়াদা লৈনম চেনত্রবা
মমা ওইবী কয়াগী মীৎলুগী পীবাং
শিদ্ধহনবা ঙন্বী
মোমোন নোকপা নগুগী মায়খোঙ
তক-তক পাংলীবা
শুমহৎলবা মীৎয়া থম্বাল
কবি লাইব্রাবু হৈবনো
য়েংবগী পেনববু নাইদেদা
শিছ্খি ঐসু মীৎলুদগী পীবাং
খাংবা ঙমখিদে চৈনাদো
তাখিবা মীৎকুপ্তা মাগী মপাউ
ফংলে অশিবা মশা ওইনা
নীকখি হকচাংসে খংহৌদনা
শোছুখি য়াম্না থীনা
কবম্না য়ুমবু য়ৌখিবনো
নিংশিংখিদে ঐহাক তশেংনা
কপখি মাগীদমক য়াম্না পেন্দনা
কবিগী থনংপাখিবনো মত্রাকপ
হংজখি ব্রাহং কয় পাউখ নন মা

কংচবী নঙগীদমক মৈবা অসিমত্তং
শান্তি ওইনা ইংনা চীক্লা নুংঙাইনা
লৈয়ুকো ঈশ্বর মাগী মনাক্তা
মসিখক্তনি মমা ওইবী ঐগী
যাইফ পাওজেল নহাক্কীদমক।।

১৪/১১/২০০৩

# চুরাপ্থাবা

চুবাম্থাবা' বাহৈসিদি তাখিবা কুইবে
ঐনা অঙাং ওইবিঙে
কিবা ফাওখি বাহৈদুমক
য়াম্লসু হৈনদে তাবতদা
কুইনা কাওথোক্লববা বাহৈদুমক
খংনিং নীংশিংলকই ওসিদি
তাবদদা অঙাং ফাখিবগী বা
চহি তবেংতা ঙাইবিবী
লিতল ম্লাবব স্কুলগী
ক্লাস থ্রীগী ছাত্রী অমা
ফাদুনা পুখিবগী স্কুলদগী
তনিক তনিকখি হকচাংসে
কবিবু থোক্লগদবা মাগী লাইবক্তা
অফবদা ওইহনবীসনু মহাকপু
মনাগী মতম্বাক্তা শান্নজবা ফংহনবীসনু
মপাগী মনমগনদা কোন্দুনা শান্নবা
ফংহনবীসনু নীজখি ঈশ্বব মাগী মফমদা
পুম্নমক অবেস্বা তাখি হায়জবা পুম্বা
হাংপীখি মহাকপু মীনুংশি য়াওদনা
লংথোকপীবম্মী চাক্লবা লমহাঙদা
মোমোন নোকখি চুবাম্থাবশিং
য়েন্নখি পৈশা চবুন চবুন
শিম্থখি পীবাং মীপুম খুদিং
তৌখি লোয়নায়দ্রবা শাপ কয়া কয়া
পেন্নখিদে মীপুম খুদিং

মীনুংশি খংদবা মখোযদা
খুকমজখি ঈশ্বর মাগী মফমদা
লাইবক থীবী মাগীদমক ॥

১৪/১১/২০০৩

# খুদোল

অনৌবা চহিনা লাকপসিদা
অনৌবা আশাগা ঈবোইননা
ওকর্চবি নঙবু হবাও তযান্না
হে অনৌবা চাহি
মীহাৎ মীপূন কপ্পা লাওনবা
পুন্নমক খোমজিন তাশিন্দুনা
পুখ্রসন মঙ্ববা অবিবা চহি মানা
পুবকসনু নুংঙাই য়াইফবতনা
থল্লবা অনৌবা চাহি
ঙাইমিন্নগনি ঐখোয় পুন্না
শেমগৎ শাগৎপা য়াবা কথাসু
শেমহৌসি তুংগীদমক খল্লগা
ওইহনদি মসিনা অনৌবা খুদোল অমা
অনৌবা চাইসিনা লাকপসিদা
তাঞ্জোকশ্রবনি মীকপ মীবাওখোল
মীহাৎ মীপুন ঐখোয় মশেলগী মবক্তগী
লাপ্পা, য়াম্না লাপ্পা লাক্লগনু অমুক হন্না
ঐখোয়গী লৈবাক মৈত্রবাকসিদা
লৈমীন্নজগে ঐখোয় পুন্না
অমত্তা ওইনা চীং-তম
ঙাকর্মীন্নজগে ইমা লৈবাকপু
শেং-শেঙ্না য়োংনা তল য়েনবগুম
য়েন্নবিবা ময়ামসিগী মফমদগী
কলহৌসি ইমা লৈবাকপুসু
কাওজবোয় ঐখোয় পুন্নমক মণিপুরীনি

ঈ অমত্তগী মচানি
ঈগী মচু খেন্নদবগুম
পুল্লমসি মযামসে অপুনবগী পাঙ্গলনা
মসিনা খুদোল ওইনা পীবমশি ঈমা
মাগীদমক।।

২১/১১/২০০৩

# নক্না লাপ্নখ্রবদা

ঐ খঙই
লাকখিগনি নহাক নোংমদি
লেপলগনি ইনাত্তা শোয়দনা
শুকথববা মায়খোংদু পুদুনা
তমলগনি নপাউ অব্রা নুংঙাই
ইবমগী মীবমগী ওইবা কয়া
হংলগনি ঐঙোন্দসু কয়া অমা
কবি কবি খোকখিবা
ঐগী পোক্লফম লমদমসিদা
মহৌশাগী ফজবনা কদোমদা
লোত্তাক পাংনা কমদৌবী
শঙাই মানা কদোমদা
চীংমী তম্মীগী মবিনা কদায়দা
খুম্বা ঙম্নবোয়দবা ব্রাহং কয়া
ঐগী ওইবম্বা কবো ভেল্লি
খংহৌদনা মীগী ওইখিবগুম
নকশিন্নবা য়াববোইদবা নঙ ঐ
লাপথোকখিগনি হেন্না
নঙনা খংলক্কবা মতমদুদা
চংখিগনি কায়ববা থম্মোয় পুদুনা
হনখিগনি অম্রুক
মায়থিবতনা থল্লবা পুন্সি লম্বীদুদা ।।

১১/০১/২০০৪

# খোংচত্নুদা

নোংমা চংলুই ইপামদা
ইচা মযাম পুবদুনা
পোখাগে খন্দুনা চংলুবনি
ইনাউগী মচা মযামদুগা
খংনবকই মখোয মশেন
কপনবকই মথং-মথং
থেমফম খংলক্কে মখোযশিংদু
কুম্মৈ অমগী মতৌশুম
যেংনৈ লৈবম্না মযামদুনসু
নোংনগা মবোল অমা তাবনে
কুম্মৈনগা নুংঙাইবনে
অহল ওইববী ইমাদো
মুন্নবকই অঙাং মশেন
তৌফম লাকফম খংদনা
রাজবনা হেল্লি মহাকসু
খল্লকই ঐসু কোন্নথংদা
কবি নুংগী লাকচকবা
ইপাম লমদম লমনুংশি
ঐগী ইফম লৈবমদবে
খল্লকই ইথন্তা
মীতোপ ওইবে ওসিদি
ঐগী জগা নত্তেকো।।

২৮/০৪/০৪

# ইতিহাস

কদোমদগীনো খংহৌদনা
হৌবকপা মৈবী অমনা
চুববে মৈতৈ লৈমা ইমাশিংগী মশাদা
কাওঙমলবোয় অদুঙে
জুলাইগী তাং ১৫, ইং কুমজা ২০০৪
শেমখ্রে অনৌবা ইতিহাস অমা
মৈতৈলৈবাক মৈত্রবাক অসিগী
হাংখ্রে অনৌবা পন্দুপ অমসু
উংখ্রে অথৌবা মবিংজেন
মীয়ানচাশিংদুগী মমাংদা
শিবা কীদে হায়বা ইবৈবাক্কীদমক
মীনা লাকচবা য়াদবা
নোংশা অমোমগুম শাথীবী
মৈতৈ লৈমগী মমোমনি
চেল্লীবা ঈগী মগুনসু
লেপলিবনি তৌথোবকপা থবক্লা
তাক্লিবনি মীতোপশিংগী মমাংদা
থাগৎচৈ চাওথোকচৈ
মৈতৈ লৈমা ইমা নঙগীদমক
মতিক মথৌনা লৈবী
মচা পোকচবীনি ইমা নহাক্তি ॥

*২৩/০৭/২০০৪*

# খোল্লাও

খুত্তা মৈবা পাযদুনা
চৎলি ঐসু মীযাম মবক্তা
লাওবি খোল্লাও কযা
তৌবি প্রোটেষ্ট ঐখোযসু
লৈথোকখিনবা অমুবা আইন
তাবকখি মীৎলদগী পীবাং
চেঙ্খকখি ইন্‌ম শাইনা
উকব্দা মমা ওইবী কযাগী
ফি থোংদ্রবা হকচাংশিংদো
শেন্দবনা হেল্লকই
লমন খুম্নিংবনা ঙাওবকই
শাগৎলকই ঈগী ঈচেলসু তপ্পা
ঙন্নক্তে ফমদুনা লৈবা
ফুক-ফুক হৌগৎলি
অঙাওবা মীগী মতৌগুম
লৈখিসিবা ঐবু যেংদুনা অসুম
চান্নবা মৈবিতনা কাথেন্নবা
ঐগী ইনাও চিত্তরঞ্জন
ওইখ্রে হ্যমেন তোর্চ
মৈতৈ জাতি ঐখোযগী
ফংখ্রে অথৌবা হাযবা মীংথোলদু
ইখিসিবনে ঐবু চোকথববা খুৎসিনা
কান্নবিববা ঐখোয়বু লাওজব্বগী
শেন্দবগী খোল্লাও হন্ন-হন্না।।

১৮/০৮/২০০৪

# অমনবা ডাইরী

মতম কুইনা তুম্নরবা
মল্লবা ঐগী ডাইরী
মীৎকপ থোক্লে ঙসিদি
ফোংলবে পাউখোং মীয়ামদা
হৌখিবা কয়াবু নীংশিংলগা
তমলবে বাহে কয়াগী
নুংগী ওইবা বাহম্হোক
অতৎ অথম লৈতনা
থোক্লিবা থৌদোক কয়াগী
তাবতদা অকীবনা থল্লবা
য়েংহৈদ্রবা কয়াগী বাবীগা ইবোয়ননা
চোয়না তাকববা চেনা কয়া
পুনশিন্দুনা লেপ্লবে মীৎমাংসিদা
অনৌবা খুদোল ওইনা
মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা ॥

২৬/০৮/২০০৪

# শান্থিবী ২০০৪

ইংনা তপ্না লেংশিনলকই
শান্থিবী চহি ২০০৪
মমাংগী অকিবা কয়াদু
লাক্কবসু ওইসনু খন্দুনা
ওকচখি মহাকপু তবান্না
থা অনি অহুম হৌজিনখি
লেনখি ঐখোয় পুন্না
হবাও নুংঙাইনা
খংহৌদনা পুবকখি চৈনা কয়া
অফসপাগী মকমদা
মবাল লৈজদবা মীচম কয়াগী পুন্সি
ওৎপা হৌবকখি শিংনবা হেনজিন্নকখি
হৌবকখি অচৌবা ইহৌ অমা
মৈতৈ লৈমগী মপাবী মমোম কয়াগী
শিবা কিদ্রবা থৌনা লিংজেলগী মায়োক্তা
বরব বুলেত, টিয়াব গ্যাসকী মায়োক্তা
থৌনা ফববী ইমা কয়াগী পুন্সিনা
চোংথোক্তুনা খেংনখি
অঙগ্বা পাঙ্গল পুখোক্তুনা
খোবকখি শিবা কিদবা
মপাবি কয়া অমসু
মশানা মশাবু হাৎতোকচখি
পেন্দবা খোল্লাও মবক্তা
চৎস্রে লোয়স্রে ওন্নমক
উন-উনা তামস্রে

পুখ্রো তমথীববা কয়া
লাকহনবীবগনু অমুক
শাথীবী ২০০৪ চহি নওনা চংখিবদা ।।

২৭/০১/২০০৫

# সুনামী

সুমাত্রা আইলেন্দ
তাবতদা কয়াদা ইং-তপনা নুংশিত্রবা
পূকচেল তম্মী হায়নৈ
সমুদ্র ঈশিংগী ইমায
যেংবা চংনৈ থগুইনা
লমকোযবা মী মখৈসু
অদুবুনে গুসিদি
অকি তুজুংবনা থল্লবা
কিববা থৌদোকুনা ওইহল্লে লৈতাদবা পুন্সি
থাজকদে কনাসু থোক্লকনি অসুম্না
ইংলবা নিংথমথাগী অযুক্নেদা
কযাদা কননা লাকপ্পবা
ইন্দোনেসিয়াগী সুমাত্র আইলেন্দগী হৌবকপা
কল্লবা ফিত নিম্ফু যৌনিংচিং বাংলবা
ঈশিংগী অকনবা ইথক ইপোমদুনা য়েরকখি
ইন্দিয়া, শ্রীলঙ্কা, ইন্দোনেসিয়া থাইলেন্দ
মালয়সিয়া, ম্যানমার, সোমালিয়া অমদি বংলাদেশ
মাংহনখি মীওই ১,৫০,০০০ হেনবগী মপুন্সি
হৌখিবা তাং ২৬, দিসেম্বর ২০০৪ ইং কুমজা
লৈহৌবগনি ইতিহাসতা সনাগী কালিনা ইদুনা ॥

২৮/০১/২০০৫

## মংলানগুম্বা থৌদোক্তুদা

খংহৌদনা হৌরকপা
মঙলানগুম্বা থৌদোক্তু
কাওঙমখিদে ঐগী থম্মোয়শিনা
হাৎত্রে মীওই কয়া
তমথীরবী মীহাৎপী
নঙননিকো হে সুনামী
মুন্দুনা পুত্রে ইবোলনুংদা
লৈজবা লন থুম কয়া
কায়নহনবীবে মমা মপা মচিন মনাও
ওইহনবীবমলে কয়া অমসু শোয়নাইরবা পুন্সি
য়েংহৈদ্রবা থৌদোক কয়ানা
পুন্না হৈথবীবমলে মালেমদা
হে মহৌশা কৌবী লাইবেম্বী
হায়নবদায় নঙবু পূকতম্মীনি
গুকখি ঐদি তাবতদা
অহোংবা নাইবা নঙগী খোংচত্তুনা ।।

০২/০৩/২০০৫

## তাঙ্গোয়লক্তা

মন্থববা ঐগী হকচাং পোল্লাং
মউ শোক্লবা উপালগুম
হিকথদুনা তাবে গুসিদি
পীক্লিবা কোক মচাশিদা
পীবিবা চৈনা মযামসিনা
পোত্থাহনদে ঐব মীংকুপ অমত্তা
কাওগুমদ্রবা থৌদোক কযাদুনা
ফুক ফুক হৌগংহল্লি
মফম মতম থংদনা
ইহৌ কয়াসু হৌখ্রে মমাংদা
অকি তুজুংবনা থল্লবা
তেমশিংনখিদে কনানসু ঐখোযগী
লৌশিংগী পুক্নে ওইবিবা
ষ্টেট সেন্ট্রেল লাইব্রেরী
মাংখ্রে গুম্লমক গুসিদি
গুনখ্রে তিনখ্রে তাঙ্গোয়লক্তা
কাওগুল্লবোই এপ্রিলগী তাং ১৩, ইং কুম্মজা ২০০৫ ॥

২৫/০৪/২০০৫

# অমগী মথংদা অমা

মীশা চানীংবা বোবকী হিংচাবদা
নোংমগী শোয়দনবা থাবক্না
তাখি নাবী ওইনা
ঐখোয়না অঙাং ওইবিঙে
য়াম্না পীক্লিঙে মতমদা
মসিবু পাউখোংলনে
তুংদা খোক্লগদবা থৌদোকশিংগী
হৌজিক্তা ফোঙবা হৌবক্লিবগুম
চংন্রে মনোবমাগী থবায়সু
ফাখ্রিবা নাওবীনা কদোমদা
বীন লাদেন ফাবা ফংদ্রগা
মাগী নুপী ফাখিববনে
তাখিদে অমুক্তা ঐহাক্তি
থেংনখিদে খবব কাগজ কয়াদসু
নওদি শিখিবা য়াদেকো
থৌনা লৈনা হিংখোকো
অবানবা তাখিগনি
পীশিনবীগনি মরাল কয়াসু
লানজদ্রবী নওগী থবায়দুদা
তমলম্মু নপাউ মীয়ামদা
পীবমখো পাউজেল অকিবা লৈতনা
মীয়ানচাসু নত্তনা
ঐখোয়গী ইচিল ইনাও ঙাক্তনি
কনবীবমসনু ঙাকপীবমসনু
মচল ওইবীগী ইজ্জৎপুদি।।

# লৈরাংগী লৈনম

ঐগী নুংশিববা কংলৈচাশিং
নখোয় হায়বা ঙম্লরা
থবো থম্লাল থাবিকথাগী
নুংশিববা ঈংলবা লৈনম
লৈরাং-খোইমুগী ৱাবী
থাবলদা ঙাওজবী থাবল্লে
কনানবু য়েংলীবগে।
ঐদি কিজে,
নোংমৈগী মখোল,
বোম তোপকী মবক্তা
তিয়াব গ্যাসকী মৈখুবক্তা।
হৈনদে ঐদি কর্ফিয়ুসু,
শাংহৌরো লৈবাং নখোযসু
য়েলহৌখো শান্তিগী
পাউজেল পুবা লৈবাংগী লৈনম
মফম খুদিং শিনবা থুংনা॥

*এপ্রিল, ২০১০*

# নুংশিবা

কুপলবা শকউদবা লংলা অমনা
ফাজিন্দুনা থন্নীবম্মী ঐবু
ময়াগী পাক্লবা ইপাক্তা
কাওহল্লি সংসাবগী অবা নুংঙাই।
নুংশি নুংশিববা ইমা- ইপা
ইচা ইশু শাগে নাতৈ মযামসিনা
লৈবাংগী মতৌগুম ইকোয কোয়না
লৈবম্মী ঐবু ঙাক শেন্দুনা
গ্যান তাবকপা মীৎকুপ্তা।
মুৎখিগদৌবা পাম্মুজে
ঐগী থবায মীবেলসে
নুংশিবা মযামসে থাদোক্লুনা
খমুং মাযকৈ পাংজবা
কিজবনা মহানি।
থমজিনবীযু নুংশিবশিংনা
ঐবু চেংনা ফাজিন্দুনা
অশিবা কৌবা শকথিবা
মাগী মনাক্তা পুখিদনবা॥

এপ্রিল, ২০১০

# থৌনা লীংজেল

খোংজোম তুরেল উরগা
নীংশিংলি কাউওমদ্রবা ঐখোয়গী
হনবা নাইদ্রবা থৌনাফবা
লাইওইখ্রবা ইপা ইপুশিংনা
উৎপিবন্না থৌনা লিংজেল।
ঐখোয়গী শিংলিদা চেল্লিবা
অঙাংবা ঈখেং অসিনা লৈবিমখৈ
কাওদবা ঙম্না ওইসনু
ইপা- ইপুগী মতৌঙম
মখোয়গী ফিদম লৌজবা
ঙমহনবীসনু ঐখোয়বুসু
থাদোকপা কৎখোকপা
থরাইসিনা পোঞ্জা ওইনা
ইমা লৈবাক ইবৈবাকীদমক॥

*এপ্রিল,২০১০*

# পুন্নারী

পুন্নারীগা শাগোন্নবা
ঐগী কংল্যা নীংথিবা
থৌনা ফবগী নীংশিং খুভম
সহিদ মীনব ঐখোয়গী।
ইমা কৈথেল ইমাশিংগী
কাওডন্নবোইদবা খুদমনি
মৈতৈ ফুরুপ ঐখোয়গী
অকনবা পাউতাক পীবমশি
লিবমসি ব্রাবী ইপা - ইপুশিংগী
ওইহৌসনু পুক্নিং লৌশিং
তুংদা হৌবক্কদবা ঐখোয়গী
পাথাং পুথাং কংলৈচাশিংদা॥

এপ্রিল, ২০১০

# ঐখোয়গী খোঙ্গুল

শীংথাবগী লোইনাইদ্রবা লৈবাং কয়া
কেতুকী থাবল্লে থরো থম্বাল,
চীংগ্রাউ, উ-থম্বাল, চীগোংলৈ,
তখেল্লৈ, কাকলৈ, খোঙ্গুলমেলৈ,
কালেম্বাগী লৈবাকলৈ, কোম্বীবৈ,
কুশুমলৈ কদায়দবু চৎল্লবগে
মাংল্লে গুম্মক
কংলৈ ইমাগী মশাইকোন্দগী
পুম্নমক্কী মহুৎ শিনল্লে
মনম য়াওদবা লৈবাংশিং
দাহলিয়া, চেবৈ, দাফোদিল
নোংমদি মাংখিবা য়াই
মৈতে ঐখোয়গী খোঙ্গুলসু
ত্রিপুবাদা ত্রিপুবী মাংখিবগুম ।।

এপ্রিল, ২০১০

# কোকিল

কোকিল নঙবু নুংশিবা,
চেক্লাচাদি অমুবা
খোংলগনু পুক্লিং হুনা
কুহূ হায়বা খোঞ্জেলদো।
নঙনা খোংবা তারগা
মীপায়বনা হেল্লিদে
মীপাযচাওবী থম্মোয়সে
শেতাফমসু খংহন্দে
কবি খোক্লগদুগ খন্নুনা।
মণিপুর ইমাগী মশাইকোন্দা
খোংদাফমসু লৈতেদো
কাইদোংফমসু থমদেদো
নকোল ইবোলসু তিম্মদে
নহন্ফমদা হুনখবো
নতেফমদা তেখবো
নবৈশাক নংগী নবমদা।।

এপ্রিল, ২০১০

# সহীদ মীনর

ইম্ফাল সহৰগী ময়ায়দা
লাংলবা মীনিলখোল মরক্তা
কয়াদা চীক্লা ঙাম্হোইবিবা
ঐখোয়গী সহিদ মীনর
লাংলবসু লাংনা:
পূম্নমকপু কাওথোকহনবা গুন্নী
নতন্বাক্তা নাওশুল্লিবা
নচা নশু পূম্নমকপু
কয়াদা নুঙাইনা নাওকোল্লিবা
থাজকদে ঐনা
লৈবমগনি হায়বা
অসুক নিংথীবা মফম অমা
অহল ওইবশিংগী লেন্নফম
কয়াদা নীংথিজববা নহাকসে
মখল মথেলগী মৈঙাল্লক্তা
খুংশেমগী ঈশিং চাইবি মবক্তা
কয়াদা নীংথিজশুবা
কপ্লিববা নখোইবু অথৌবশা
মৈতৈ লৈমা ইমাগী
খাইবুং তানবা উবগা
মীশি মীনা য়েংলগা ।।

# নীংঙাই

মচা অনীগী নীংঙাইদা
খাংঙমদ্রবা মমা ওইবীনা
মীংলু পীরাং মবক্তা
কপচে হীক্রা হীক্রা
লোননা লোয়া তুমিন্না
পাখংচৈ মবী ভংনবিগদ্রা
মচিন-মনাউ ওইবগী
চীং-তম অনীগী মবক্তা
লৈনবিবা নুংশি লিপুন
শুমাংদা থাল্লিবা মেবা-রা
উদবরা থাম্লবা চীংথক্তগী
মনাও লৈবী খংনবা
য়ুংবিবনি মনাওগী শুমাংদা
ময়ান্না উজবগা-
ঐখোয় লৈবি খঙনবা।
মেবা হৌ চোংমীন্নবা
মচিন মনাও ওইবগী
নুংশি লিপুন মাংদনবা
নুংশি চান্না হীংমীন্নবগী
রাজে মমা ওইবী মহাক্রা
মচাশিংগী নীংঙাইদা॥



নাওরেম ওংবী সোবিতা দেবী মোংজম, ১৯৬৫গী ইঙাগী নিনি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা মোইরাংকম্পু খেত্রা মপান্দা লৈবা মোংজম মণাও অমাদি কোম্বিরৈ দেবীগী অনীশুবা মচানি। হৌজিক্কা নম্বোল কোংখাম ময়াই লৈকাইদা লৈবা নাওরেম সুরচন্দ্রগী লোয়নবীনি। হৌজিক হৌজিক সেন্ট্রেল এগ্রীকলচরেল য়ুনিভর্সিটিগী কলেজ ওফ এগ্রীকলচরদা লাইব্রেরী এসিষ্টেন্ট ওইনা থবক তৌরি।

অইবী অসি মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসন অমসুং পেট্রিওটিক রাইটর্স ফোরম, মণিপুরগী লাইফ মেম্বরসু ওইরি॥



মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিএসন, মণিপুর

ISBN. 978-81-909699-6-3